ফোঙজবী
থিয়াম ওংবী দময়ন্তী দেবী
উবিপোক হাওবম দেৱান লেন। ইম্ফাল






অহানবা ফোঙবা
জনুৱারী ২০০৮



মমল ঃ লুপা চাম্মা যাঙ্খৈ

নম্ফম ঃ গীতা প্রিন্টার্স
৫১এ ঝামাপুকুব লেন
কলকাতা-৭০০ ০০৯

লমদম অসিবু অমুকহন্না
নুংঙাইবগী মহৈ মরোং চূম্না পালহনগদৌরিবা
তুংগী মীরোলদা

## পাফম য়াওফম

## থবায় মিরেম্না শিঙেল মাবু থিরকওঁ

লাংথবান কোনুংগী নীংখাইরবা
লৈনুং চনথ্রবা চেক্কী ফক্লাংশিংদা
তূমথখ্রবা ঐগী থবায় মিরেনবু
অনৌবা কাঞ্চিপুরগী লৈহাউ-লৈরেন মনম পুদুনা
হৌদোক্লোরাও অমুক হন্না নুংশিনা
সনা মচুগী খূদাং তিংথোক্কুনা
তম্ফা হৎলবা খূদোম্বীশিংনা তপ্না তপ্না নান্দুনা।

ঐ খোঙশান ইহুন বায়রক্কে
ম্না কোনুংগী অরোনবা শুরুংদা থানলিবা
মৈরা পরেং ফাওদুনা
য়াওইরবা শগোল তোংদুনা
থম্বাল চার্মনিপালগী লৈনম শন্দোকপী লৈমকোন্দা
অঙৌবদা অঙৌবনা হৎপী চাংথ্রুংতাবী ফিজোল থোনবী
ঙাঙোই পরেং লৈতেংবী ঙকশমদা
লিক্লু লিক্লম ফজনা মঙাল শন্দোকপী
লৈমরেনবী নঙগী নুংশি নশাইগোন্দা
থাবল ফরবা অহিংদা তূমদ্রবা চেক্লোচাশিংনা
য়াওনবগী খোঞ্জেল ফাওদুনা
অশংবা থরো মনুংদগী পাইথোরকপা খোইমুশিংগী
লম্বী মতূং ইন্দুনা।

য়েংউ
ঐগী অতিয়া মচুগী চনাং মনম নুংশিবা
কোকয়েৎ মথক্তা থেৎলিবা উরিৎশেক্কি অথোৎপা মতুশিংনা
তম্বা ঐগী লৈতাদ্রবা থম্মোইদৌনা
মালং শহুমদা হাইরদুনা
হায়ঙমদনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লিবসে।
ঐগী খুজি, ঐগী তান, ঐগী অরংবা চোমাই

ঐগী পাম্বোময়াই খূবোময়াইদা
স্নাকোনুংগী অরোনবা লম্বীদা থানবা
মৈরাশিংগী নিক নিক লাউবা অবংবা মঙালনা য়ৈরিবসে
কয়াদা লৈতাজদ্রিবনো
চেকশিন্না লাক্লবা খ্বাংচেৎ ফিজিসে।

ঙসি অহিং তাংলৌ অথেংবা
অহিং কযাগী লোইনাইদ্রবা ৱারীনা থনলবা
খোমলেন মঙলানচা মঙফাওনবা অহিংনীদো চান্নবী
লাংথবান নুংশিৎ নামিবনা
নঙগী লৈনাগুম থোৎলবী হকচাংদা যৈবদা
লোক্তাক তোর্ব্বানগুম ঈথক হৌহনলল্লগা হন্দোবকপদা
থামম্ অহিংদগী হেন্না মুশিন মুখ্রবী শল্লাংদা
তাইনদুনা ওইনজবগী অহিংনী।
সনাগী মখোঙ পানবা শেঙ্গা মথক্তা
তনৌবী খৃৎনা মোন্না, থেক্লা তপ্পুনা থম্বা
পান মতপ খোইথুম্বা চাদবা কুইবে ইচীনসিনা
কোরৌ মশীং যামশিনলক্লে
ইকাই নুংশি যান্ননা তৃকথববা
মিৎচি মিৎয়েং পা মকমদা
ইকাইথবী মনাগুম ঐগী অকনবা হকচাংনা
তৃকথনা তৃমথখিদবা।

লৈমলক্তগী অথোইবী নঙবু তাববা ?
অথাপ্পদা ইচিক হুনলবা অহিংসিদা
হৌজিকফাওবা তৃম্বগী লাইবেন্থীনা নাউশুল্লদ্রিবা
কনাগুম্বা পেনা শৈশকপা অমনা
লৈগী লৈরোল থাদুনা মথন্তা শক্লিবসে
ওম্থোক্লা নীংথিজৈদা নুংশিখ্রেদা
থাবগী লোইবা খম্বা নাইদেদা
শীঙেল লৈরাং করিবু ওইবিগবা ইশানৌ !

কাউদ্রিদো লোইনাইদ্রবা ঋরীদো
নীংশীংলিদো ঙসিসু ইবেম্মা —
কেতুকীগী মনম্না ঋাই চাইখাইরবা
নুমিদাংশিংগী অমম্বা পাম্বোম্না কোনখিবা
নঙ ঐতগী ঋারীনখ্রবা ঋাথোক
নতারোইশিংগী খোঞ্জেল লোন্না নোকপা মীনোকলক্তা
তাখিনী উখিনী খঙলবসু
ঋাংলেন মিকুপ খরদং পোংনা
লেপখিবদো নঙনা মাঞ্জ ইমাংমক্তদা
কোরৌ মশেক্লা ঋারক্কী তয়ালদা য়ৈখিবরা
নদোম নঙাল শন্দোকচদুনা
নোংঙানলকখিবরা খঙহৌদনা।
মোমনু চীনবানদী কাঙদনা
নোকমিতমক তৌবা নুংশিবা মায়থোংদা
পাখং কোলোয় পাউমেনজরক্তবা
লোইদাম কয়াদী শুখরে
থাপতোকহনলকই নঙবু
ঐগী শগোলগী খোঙজেনশিংনা
তাম্না থনমই ইশাবী নঙবু
ইচিক হুনবা অহিং কয়া লান্দুনা
অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাংঋাইরম ময়াম তুংওইনদুনা।

অদুঙৈ
ঐবু লোইবা লৈমাবা
স্না পূক্লীং লান্না লৌখিনূং
ঙাকপিফম থোক্ত্রবা ইরাল থঙজিনঙৈ
নিংথৌ শেম্বা য়াওবনী ঋায়েল চৈরাক তমঙৈ
ওইরকঙৈ লালহৌবা য়াওনলোই
লৈপাক মীয়াম মিৎয়েংদা
থুপফম লৈতা, চঙজফম খঙদা
ককঙাওননা চৎলকই অরেপ্পা লৈতনা

পোখাফম খঙদ্রবা
লাল্লবা অহিং-নুংথিল খাক্তবা খোঙচৎতা

হৎমাং মরিক্লা শেৎলিবা ফিজোলশিং নপশিনলবা মিকুপশিংদুদা
তরা মথেল চাবা ৱাৎত্রবা
চৃম-কৈগী শো পাযবা মখোয় কনামত্তনা চঙজফম পীখিদে
নিংথৌ শেন্বা য়াওবা লালহৌবনী হায়দুনা
অকিবনা থনলবা মায়থোংনা
কম্থোবকই তীনখাক্লম
অচুম্বগী ৱায়েল পামজবা ঐগী ৱাবী।

হকচাংগী মফম খৃদীংমক্তা
শাই তিংখংনা খেবাৎখিবগী মফম লৈরবা
খৌরাংবনা খৌনাও তীংখল কংলবা
অকংবা তিল্লাং খয়োৎনীংঙাই
য়াওশীনলক্ত্রবা তানফমশিংদুদা
থবাক্কী নুংশাশ্বরনা মীনমগে তৌবকই
খোঙচৎ অদুগী ৱারীনী।
কুরোল হূরবা ঊনশাশিংনা
হিকথববা লেংজুমগী শব্দদা পাউমের্নখিবা
ৱারবা অহিংশিং অদুগী ৱাহন্থোক
অমদি লোইনাইদ্রবা খোঙচৎ অদুগী হৌরকফম
কদাইদগীনো ?
শা থিবগুম অশুকপা উমংশিংদা, চীংগী নাপোমদা
তৌবা ঙম্বা মতিক মগুন লৈরবা স্না-কোনুংগী
খূৎলাই মতিক চানা পায়রবা লাম্নীশিংনা
নঙগী অকৃংবা শম্লাং অমুবদা শমজেৎ হাৎপগুম
কোইথি থি লোং খোন্দুনা।
মিপাইরবা মীচমশিং মোংবা মরানয়াইদগী ফারকই
কাওরেন শন হোইবগুম হোইদুনা পুরক্লগা
পরেং শানা লেপহলি

হংই —
তম্বা নিপাদু মশক খঙবরা
মীথিবোং মীতম্বালদু খোঙকাপ কামজাও হুনখিবা
লোয়ালমদা লৈবা নখোয়না থেংনহৌরবা ?
ঐখোয়বু লোইহ্‌বা লৈমাবা
ইনিংথৌ মাগী স্না কাদা
মতিক মঙাল চাদনা তাংজ লুরেন হাইগৎপা
নিংথৌ শেম্বা য়াওবা তম্বা মীচেন অদুদা
তরা চাকলেন পীজবা কনানো ?
মথক্কী ফিজোল লৌথোক্লবা মী ময়াম
ফুঙ্গা লেংজুম শানা লেপহনলি
অয়াকপা কোরৌ মঙালদা
খুনগী খুন্দোনদা লাইশুমাঙ অচৌবদা
চৈরাক পী স্না কোনুংগী তমথীরবা লাম্মীশিংনা
কোলোয় নপাউ শেংউ হায়দুনা
মোংশোং মরুমদা থুপ্তুনা লৈখি ঐ
মালেম তাইবংপানদা খ্বাইদগী মতু শোনবা
শা অমা ওইনা।

মুক মচুগী অহিংশিংদা
মৈরা পায়বা লাম্মীশিংনা
পল্লোন কোইনা কোইশিনখিবা
খুঞ্জাশিংনা মীকপ মীরাওখোলগা লোয়ননা
কায়দুনা চেন্নখিবা
শাইদাংফম পীরম্বা খূন পূম্বা মৈ থাদোকখিবা
তুম্না তাঙ্গোই ওলহন্দুনা
ঙুং ঙুং ঙংলবা মৈরীশিংনা অতিয়া পক্লা
মৈরীগা লোয়ননা হাইগৎলকখিবা
ইদোম কনা য়াওদা
অমম্বা চীংগী লোকচপতা
নূংপাকথক্তা ফমদুনা য়েংখিবা মৈগী কুম্মৈ

থবায়না শরুপোলাং মনূংদগী লিৎথোক্লগে হায়রক্লবা
বাংলেন মিকুপশিং অদুদা
কয়াদা অকি তুজুং ফাওখিবনো
পায়মা থম্মোইনুংদা ঐনা।

কনাগুম্বা স্না কোনুংগী অহৈবা মাইচৌ পুরেননা
কোর্ব্বাকথক্তা খোর্জ্জে খোৎপদা
চিৎথরন্নদৌবা তম্বনী ঐদী
যাওরোই খঙই কৈদৌনুংদা
চৈথারোল কুম্বাবগী লামায়শিংদা
নিংথৌরোল শৈরেংগী পরেংশিংদা
মরমদী ঐগী চন্নফম লৈতে চেবাংশিংদুদা
ঐগী কান্নবা কবিনো
হায়দোকপা ঙমদে মীযাম্না ফোংনা।
মীচেন অমগী মিংথোল পুদুনা
ঐগী থৌনা, ঐগী লিংজেল
য়াওনলোই ওনলবা ঐগী বাখলগী খোঙথাং মমি
মুথৎপনা হেন্না ফৈ খনলি মখোয়না
খঙলবসু খঙশিন্নদবনা
য়াইফবনী মশা মশাগী নীংদুনা।

ঐগীসু লৈরম্মী ——
মচু তরেৎকী চুমথাং খনলবা
মথোৎ কারকপগী নুংঙাইরবা অতিয়া
চীংগী থম্বাল উ-থম্বালগী অঙ্গৈবা মনম শন্দোকপা
লৈচীন নোংফাই থাংদবা শেংলবা নুংশিবগী অয়ুকশিং
নঙগী অঙৌবা কাংঙগুম্বী
থোৎলবী ঙকশমগী অকোয়বদা
ঐগী নুংশাশ্বরনা লুম্বু লুম্বু শানা নকশিনখিবা
তাইবঙ কাউথোক্লবা মিৎকুপশিং।
তাংলৌ লৈনা থেংলবা মতমদা

ফিজও খনবা লৈমকোনগী
ফরাংজি পাক্তক্লনা থারবা লৈমায়দা
অঙাংবা খোঙয়া থাদুনা
হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা
থম্মোই লাংতক্লনা ঐবু ঙাইখিবা নুমিৎশিংদা
অথাপ্পা চীংগী চীংদোলদা চাকপা লাম্মে মঙালনা
নঙগী তথোৎপী হকচাংদা য়েবদা
সনা ফুদোংবগুম ফজরবী
নঙগী কায়াৎ খূদীংমক্লা ঐবু কৌখিবা
ঐনা নঙবু সনাগী মূর্ত্তি কৌগদ্রা
নত্রগা ফজবনা মৈরীগুম্না চাক্লবী
লাইরেম্বীনী হায়গদ্রা ?
ইশানৌ খোঙদোই হুনলকইদো
ইপোম নাইনা চৎপা তপ্লিবা খোঙথাংদা
লৈমকোনগী অৱাং থংবা লৈকোলদা
থাবলগী মঙাল অমুক্তা হেন্না লংখৎলক্লবোই নীংইদো
অহিংগী লাইরেম্বী নঙনা ইনাক য়ৌরকপদা।
ঐগী য়াংলবা শগোলনা চপ লেপ্তুনা য়েংখি
ঐঙোন্দগী হেন্না ঙক্লা
হায়রিবরা খঙদে তাইবং মীরা নত্রগা লাইরেম্বীরা ?
অথাপ্পদা তানয়েবনা
নোংয়াই চবুক্কী তান য়েখ্রে
অদুবু ঐঙোন্দদী অহিং অদু য়াম্না ঙনলি
পূক্লীংনা মুরুম মুরুম শোন্দোকখি —
থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবী
ইশানৌ ও নুংশিবী !
থাবল মচুনা কুপ্লবী
নঙগী অপাবা ইন্নফিনুংদা
মালং ঈপোম্না য়েবদা হকচাংনা ঈথক হৌরে।
য়েংউ ঙসিগী লাংথবাল চীংয়া তময়াশিংসে
নুংশি লৈকোলদগী থোরকপা লৈনমশিংনা

শীনবা থুংখ্রে।
অথাপ্পদা পাৎকী কবোকং মপালশিংনা ঙসিদী
লোইবী চীংয়া তান্না ফুগায়না শাৎকাইরদুনা
অনৌবা লৈকোল অমা শেমখ্রে।
লৈকোলদী শকখঙদবা খোইমু য়াওদনা
কৈদৌঙৈদসু মপুং ফাদেদো চান্নবী
লোইবী লান্না পাইরকপা শকখঙদবা খোইমুশীং
লাক্লে লোইনা থাবলসিদা কবোকং মপাল তম্না
লাংথবালগী অচীকপা অহিংসিদা
ঐনা লাকপগুম নঙগী ননাক্তা।
নুমিৎ অদুদা —
অঙম্বা ঐনা ইশাবু থাজজখিদে
ঐনা ইমিৎসিবু থাজখিদে
অদুবু লৈমরেনবী তোনবী অতোনবী নঙদী
ইমাঙদা লেপ্পুনা লৈরম্মী
নুংঙৌদা হকপা মূর্ত্তিগুম থাবল অদুদা।
ঐনা কোকয়েৎকা পান্ননা লাক্লিবা খদাংচেৎপু
তপ্না তপ্না কোমথোকহনলগা ইশাসিদা
অফা অপুন অমত্তা য়াওদবমখৈ
অমুক্তা মিৎয়েং মিতাগে খনজখি
অদুবু অহানবা নুমিৎকি অরুবা মিকুপ অদুদদী
লৈমা নমাং খূকউ খূদক কুম্থখি
মরাল লৈরবা তাইবং কনাদৌনা
লান মনুংদা চঙজরকপা লাম্মীদৌনা।
কাউববরা চান্নবী
ককঙাওনদুনা লৈরক্লবা ঐগী
পায়মা থম্মোই লকানুংদা
নুরা নঙনা অহানবা
নুংশি মীরোল তম্বীখিবা ব্রাংলেনদো ?
তনৌ তনৌবী অমুনবা উহৈগুম
থোৎনা মনম নুংশিবী

নঙগী খুৎশা তরামক্লা
ঐগী খজাই নাকল অনীদা মোন্না নানবীখিবদো তপ্লা তপ্লা
মিৎ তাংলবা মীগী খুৎশাশিংগুম
থোৎলবী খুৎশাশিংদা মমিৎ পানলবগী মতৌগুম
অদুগা হোন্দোরকপা অথুম্বা নুংশাশ্বরশিংদা
ব্রাহৈগী নুংশিবা নাচোম য়াওরবগুম।
নামিবা মালংবনা
লাংথবালগী চীংয়াংদা য়েরুরগা
শাফু হন্থরবা মতৃংদা নুজাগী লুমাংদা তাবা শল্লাংবু
চোইজাইনহন্দুনা নৈরকপা
অহিংগী তাম্লানা অমুক হন্না খোংলকপা
তানয়েবনা অমুক হন্না তান য়েরকপা
মিৎকুপ অদুদা
নুজাগী তনীক্লবী চীনবান কাঙলগা
ফুইনা হোনবা নুংশাশ্বরলক্তা
তপ্লা ফমথরক্তুনা ঈংনা কৌরকখি —
সেলুংবা!
অদুগা চিনীচম্পাগুল্লবী
খুৎশাশীং তিংথোক্লগা
অঙৌবা তম্ফা হৎপা সনাগী খুদোপ নুংশিবা
শিবিখি ঐগী খুৎনাওবীদা
অহানবা নুংশি খুদোলনী হায়দুনা।

লাইবক থীরবা তম্বা ঐগী পুন্সি
অহৈবা পেনা শকপা কনানা
নোংমগী পন্দুপ নাইনা শৈথাবগুম
পন্দুপ খায়দোকখিবা খঙহৌদে।
মমোম লাংলেন মজাইবেম্মা থোইবীগা
লাইরমচা পিতৎ পাতৎপা খম্বগা
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
পাম্মু নুংশি ব্রাইথুংনশি ব্রাশকঙৈ

## ১৬ তাজা পামেল নহাকসু

অঙোম নোংবান কোংয়ানবা মানা
লৌশীং লৌতুনদুনা শামু খোঙয়েৎনহন
স্না লমজাও শোরোক য়াংবীথক্তা
লাইর মচা মাবু ঈহিং নাইহিং তাবমখৈ
চিংদুনা চৈরাক পীখিবগী ব্বারীসু নত্তে।
পথাপ, পরিং, ব্বাংঙুলোন, চৈথারোল
চৎনরোল, নিংথৌরোল ময়ামসিনা
ওনবা অচৌবা মিরাংদা
ঐগী পুক্সিনা নাম্থোকপা ঙমদনা
থুখিবগী ব্বারীনী।

চেংলৌ নীংথিবী লৈমা ও
চক লানখ্রবা নিংখাইরবা চেক্কী
অঙীংবা কৈশুমশঙসিদা
খোঙগী শরুদা য়োৎল্হীং থাংনা
অসুম্মক লৈরিদো ঐদী
নঙগী নুংশিরবী মায়থোং নীংশিংদুনা।
অদুঙৈ কোরৌ নোংদুদা
লানফা ওইরকঙৈ নিংথৌ শেম্বা য়াওই হায়না
অদুবু খঙইদো ঐগী পায়মা থম্মোইনুং
ইনিংথৌ স্না পুক্লীংদা
হায়দোকফদ্রবা ব্বাহৈনা মহুম শাখিবনী
নঙ ঐগী হৈরাং লোঞ্জামিন্নবা লৈরাং লোঞ্জিনমিন্নবা
ইরাল ঙাকপিফম থোক্রবা ব্বাবীনা
খাম্বী মৈব্বাইখিবনী স্না কোনুংগী
পাম্বোম কোনফৈ ফংদ্রবা য়ুম্বীশিংদা
পীখিবনী চৈরাক ঐবু লোইবা লৈমাবা মানা
নিংথৌ শেম্বগী মিংদা তাইওন্ননা।

য়েংউ চান্নবী
ঙসিসু থোক্লি শংবান্নবা থাবলসে

লাংথবাল পাৎয়া তময়া শীনবা থুংনা
নঙগী চাংখ্রংতাবী ইন্নফিনা ঐগী হকচাং কুপখিবদু গুম্না
কৈশুমশঙদগী নাম্ভোরক্লবা ঐগী থব্রায় মিরেন্না
কবোকং মপান মরক্তা, কেতুকীগী লৈনমলক্তা
লৈমরেনবী নঙবু থিরক্লে অমুক হন্না
কুমজা কয়া লান্না।

## মীয়াম মরক্তা চঙলুবদা

পৃথিবী অসিনা নীকপদা
ঐগী হকচাংসু নীকই
মীকপ মীরাওখোলবু মানা থকচীনখিবা নুমিত্তা।
অঙাংবা অখাবা মমিৎ পুরদুনা
হঙ্গৎ হন্দা চৎলি মখোয় ময়াম
খোঙথাং খূদীংদা লৈমায় নমথৈ
খৌরি চরম য়ৌনা খনলি তুক্কৎচবগী ব্রাখল।
পৃথিবী কৌবা মীহাৎপূংদা
অমমমতা ওইনা কৌখৎলি
লাইর চুদৎনরবা মীগী কাংলুপশিং
লৈখা তারবা মখোয়না পোকপা মচাশিং
হেক পোকপগা মমিৎ তাংহনলি।
হুগা শঙ্গোমগা য়ান্নরবা যুগকী মহী
হু খাইদোক্লগা থকপা হৈবশিংতগী ওইগনী
অঙাওবা অমনা লমজাওদা লাওরম্মী।
হৌজিক্তি অব্রাবা ব্রারীশিংসে
খোই মহুম অচৌবদৌনা উ-ব্রাশিংদা য়াম্থ য়াম্থদুনা
পংলৈত লৈরবনী। মমল য়াওদে।
অশিবা চরোং নম্বো পোবা লৈপাক ময়াম
লৈপাকশিংদুগী থমাইশ্রবা কক কক ইন্নরবা মীয়াম
মীয়ামদুগী মরক্তা কনানো চৎলিবসে
খঙবগুম তৌই খনলুরগা ঐ ওইরম্মী।

## লৈহাও কংখ্রবা লমদম অমগী ব্রারী

শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গল আরতিগী
শরিক মখোলনা থাপ্লা লাক্তুনা
উমংলাইগী লৈকোন্দা শাৎপী খোংগমমেলৈদা হায় -
করি তৌরে নোংজুমপান, কা তাম্না শাৎপী
লৈরাং লৈনম তাখিদবা কুইরে
ইবুংঙোগী মন্দিরদা ?

কিরে লাকপা কার্ফিযু তৌই হায়
ইপা লাইনিংথৌ ইমা লাইবেম্বীনা চৎকে য়াদে
হয়েং বন্দনী, হংচিৎনা মওং অমা তৌদৌরি লৈপাকসে
মাইবীনা লাইফাও ফা ওরম্মী।
হায়গুল্লদনা মতমসে মতম অমনি
কুরুক্ষেত্রগী লানদা হন্দক্তি কৌরবনা জয় ওইরে হায়রি
ধর্ম শন্দোকপা, মী ময়াম কৈথেল পোৎলক্তা চৎলি
কবি ধর্মনা খরা হোঙলিবা, করি লৈসিগে খঙদে
তাইবং মীগী থব্রায় কৌবনীনা হিংনীংই। অদুনবা খঙদে —
থগেবা খূদীংগী কানক্রক মনম নমই।
লানজাও মতৃংদা
রামায়নদগী চিৎথহৌরবা মী ওনবা ঙমহৌদ্রবা য়োং অমা
দারউইনগী ফোটো মমাংদা মখোং তিংথোক্তুনা কপই
শাপ কোক্লবা পূজা তৌরিবা পুরোহিত অদু
মাও-সে-দোংগী ছাত্র ওইরম্মী হায়।
খঙদবা ইজম্‌না
খঙদবা ব্রাহৈনা
খঙদবা লোনচৎনা থনলবা লমদম অসিনা
অসুম ওইরক্কনী অসুক তমথীরক্কনী খঙহৌদবনা
ক্যামগৈ লৈহাও ফবা লমনী হায়না অদুম লৈরি
ওঝা মধুমঙ্গলনা ইরমবদুনা চুমই নীংজদুনা
ওঝা কালাচাঁদ শাস্ত্রীদসু হংহৌদে।

# মিকুপ অমদি ঈশিং

ৱাহৈ অমখক ইবদা
ৱাখল পুম্না পূমচোক চোকথৈ
অপূনবা শম শুরু শুরু নৈদুনা
মতূম তাশিনলগা লংথোরকপদৌনা
লৈমায়দা থরো থরো ওনলি ৱাহৈ ময়াম
অনাবা মীগী মরৈ অথাবদৌনা
হিংবগী মহাও খঙদ্রবা
ফি থোংদ্রবা হকচাংনা
শগোল কারুবী অমগা লমজেল
তান্ননীংই — নোং মরক্তা।
নোংলিক খূদীং মিকুপ অমমম
মিকুপ অমমমনা ঐগী হকচাংদা যৈবা
পুন্সি অমা মিকুপশিংনা শাগৎলকপা
অদুগা মিকুপশিংনা ঈশিং ওন্দুনা
ঐবু কোক্তুগী তোনফাওবা ঈরুজবীবা।

## থোঙজিনদা থেৎলম্বা লৈ চরোং

নোকপগী মখোল তাখিদবা কুইরবা
কা অমগী থোঙজিনদা
কনানো অমনা লৈ তগৎ তগৎ তেকপা
চরোং অমা
থেৎচিনলল্লগা থনম্মী।
মী অদু ফমুংদগী তপ্না হৌগৎলগা
ফক্লাংলোমদা চঙশিনলি।
লেপই।
খনলি।
ঙসি করি তারিখনো ?
খরগা অমুক চঙশিনলি
মিরাং থুরবা ফোটো ফ্রেম অমা
ঈ থাংদ্রবা খূদোম্বী খুৎশাশিংনা
নান নানদুনা তকথোকই।
অমনবা ফোটো ময়েক লারকই
ফক্লাংদগী থবাক য়ৌরকই
কন্না চেজেৎ কোনশিনলি
ঙাইহাক লৈরগা থবাক্তগী শেৎতোরক্লগা
মুন্না য়েংই। নানলি। তকথোকই।
লংত্রিক লংই।
থোঙজিন্দা থেৎলম্বা
লৈ চরোং
মিংশেলদা মমি তারকই।

# য়ুম লৈত্রবা য়ুম্ফম

ঙসিদী নঙ ঐ
অতোপ্পা অমমম।
লৈ শেম্লবা পাত্রদা হাপ্পদা
লৈখোক কল্লবা
ঈশিং কংখ্রবা। হিংলবোইদবা।
মচীঞ্জাক থাদ্রবা পোনগী উচেক
হিংলবোইদবা।
কেমেবা অমগী মনুংদা যাওবা
নমখ্রবা ফিল্ম মকোন অমখক
অমুবগী অমুবা ঙাক্তা। উবা ফংদ্রে মচু অমত্তা
ঈশৈ চামথোকখ্রবা
কেসেত অমা
তাবা ফংদ্রে হৌখ্রবা মযেকশিংগী সুবদো।
ইথন্দা ব্রা ঙাংবগী হৈনবী অমা পুদুনা
যুম তাবা লম্বীদা হনলকই
মিৎতা নঙ
খোঙদা ঐ
যুম লৈত্রবা
যুম্ফম খক্তমক ঙাইহৌববা।

## তুরেল অমা

পিগী দাগ লৈরবা অহিংগী চোৎলবা মোনলাং
তুরেল অমা ঈথক ঈপোমগা লোইননা
থাপ্লা থনৃংদগী পাখৎলগা চেম্ব্বরকপা
চুপশিনখিবনী লমদম অদুদা খ্রক খ্রক কংনা।
ঐগী অহিং
অহিং চুপ্পা নোং তাই
নোংলিকশিংদা ব্বারী য়াওই। লাইরিক ময়েক অমমমদৌনা
নুংশিৎতা মাগী চেংহী শম্বাল মনম।
হি মচাশিং
তাউথৈ
হি খৃদীং থৌদোক অমা ঐগী তুরেলদা
হিরাক্লে তোর্ব্বান য়ৌরমদাই।
পাউখুম লৈতে ইশানা হংজবা ব্বাহং
ব্বাহং ওইদুনা অদুম্মক লৈহৌই
খর খর অসুম কীহ্নে
থাজবগী লৈরাই
ঈশিং চাউখৎলকই। নোংজুথা নত্তবা নোংজুথা
তুরেল ঈচেল হেন্না কন্না চেনখৎলকই।
চিতা লীশিং কয়াগী মৈরিদগী থোক্লকপা
মৈখৃশিংনা অতিয়া অসি মমশিনখ্রে
মীহিং নম্বা অতিয়া অমা
নুমিৎকী মণ্ডাল ফাওজীনলকপা ঙমদ্রবা।
মনা মশীং ইপৎ পৎথরবা
লৈশিং লৈখোক্তা পোমদ্রবা
পুখ্রি তুরেল পাৎ খোংবান লুক্লাং
খ্রক খ্রক কংখ্রবা
অকংবা তুরেলদা
ঐনা হি হোনলি।

## খায়াৎ। লিন। ঈ।

মকু খোক্তবা কিহোম চারুবগী
খায়াৎ অসি পুবদুনা
তুমিন্নে অহিং খূদীং
লিন অমা।
ঐগী খোঙদগী তোনফাওবা
য়েৎশিনলী মানা
অহাংবা মচেৎ অমত্তা থমদনা।
মরক্তা মঙক থাঙ্গৎলগা
মহ্ কামশিনলকই।
খাম্লুরবদী খায়াৎতগী ঈ থোক্লকই
মাসু মকোক থাঙ্গৎলকই
তুমহন্নীংবনী ঙহাক্তং ওইরবসু
থবক লেপহন্দুনা
অদুবু কোকলোমদা হেক্তা
মকোক ফন্দুনা লৈখি
ব্লাখল মরৈ তৌই
মরৈ য়েৎশিনলি থবাক্তা
মাগী ব্লাহংদা
থম্মোই কদাইদা লৈ তৎতনা হংই
থবাক্তা খুবাক অনী থমদুনা তাকই
মহাক য়ানীংদে
ব্লাখলনা কোকনা খনবনী অদুগা থম্মোইনা মনা লৌবা
মকূ হুদোক্কুনা অনৌবা শাইওন লৌবা লিননা
অহিং খূদীং মরৈ তৌই
মরৈ মরৈ য়েৎশিন্দুনা থমই
ঐগী থম্মোইবু মানা
খয়াৎ কাথোকপা ঙমদে
ব্লা হায়নবা
মিৎলুদা ঈ তারকই।

## তূম্বা য়াদবা

হন্না হন্না হাৎলবসু হিংগৎলকই
ব্রাখল অদু তিনফা ওনলি
তুম্বগী হিদাক নঙোন্দা লৈ
খর পীয়ু
পীশুম শুক্তোক্লগা! চৈরম্বদু ঙরাংনী
উ মোরোক খজিক্তা পীয়ু
তুম্বা যাত্রা য়েংগে।

## নোং ঙানলরোইদবা অহিং

নীংশিংলিববা
অদুঙৈ বসন্ত ঋতুগী
কমলা মচু নুংশিৎনা
নঙগী ঙাংলৈনবা খজাইদা যৈবদা
ঐগী নুংশিবা নুংশাশ্ববনা নঙগী নাকোংদা
তপ্না তপ্না অমমমতা ওইনা হাযখিবা ৱাহৈশিংদো।
পূর্ণিমাগী থাজ
থনূং যৌনা মঙাল শন্দোকখি
উচেক অনীখক্তমক যাওনখিবা অচিকপা অহিং।
মল্লিকা তখেল্লে চিগোংলৈ লৈবাংশিংগী
অপাবা অথোৎপা মনমশিংনা
নঙগী ফিজিদা যানখিবা নোংঙানলমদাই
উমশিনলপ তৌবা পাগী
ৱাখল খনবা মিৎচিদা
ঐগী লোইনাইদনা পাথবকপা ওইনবা ৱাহং
নুংশিবসে তূজুংই
নঙনা নাক্তা লৈখিবা
থাবল অদুতমক পামই
অহিং অমখক ওইববসু
নোংঙানলবোইদৌবা অহিং অমা।

## দলিল ইনবা।

পোকপা অমদি শিবগী অকক্লবা মতম থানরগা
হকচাং কৌবা য়ুমদা
ভারা লৌদুনা লৈররে থব্রায়না। লাকপগী মতম অমদি হনখিবগী
দলিলদা সহী তৌনখি মাগা তাইবঙ মপূগা। ব্রাৎপা
য়াদে হেনবা য়াদে। অকক্লবা মতম থানৈ। দলিল অদুগী মমিং থোনলি মখোয়না
মপোক অমা হায়না।

অফবা থবক তৌরবসু ফত্তবা থবক তৌরবসু থানবা মতমদী
শোয়বা শুকয়া য়াদে। য়ারিবমখৈ অফবা অচুম্বা অওইবা
তৌবদি য়াম্না ফৈ। ওইদবা ফত্তবা অরানবা তৌরবসু থানখিবা
ইনখিবা দলিলগী মতমদী অমহানী। চৈনাখোল
ময়ামদগী ঙাকথোকচনবা লায়না তিন্নাদগী লাপ্না
লৈনবা হোৎনৌ হায়বদুনা পাউতাক ওইনা পীরম্মী।

ভারাগী য়ুম মন্থরগা শেমজীনবা মশাগী খরচনী। মাইবা
ডাক্তর কৌবা বেরা লৈতে। অদুবু থানখিবা দলিলগী মতমদগী
হেন্দোকপদী য়ারোই। ইনাকখুনবা নৎত্রগা লাইরবগী তোঙান
তোঙানবা লিৎথোক লিংশিন তৌনবগী আইন লৈতে। মদুগীদমক
উকিল নেক্লবসু কান্নবা ফংলোই।
চঙলকপদদী য়ুম অসি অহনবনী থোকখিবদনা কিম্থরবা
ফক্লাংনা কোইশীনবনী।

## ঙা মচা অমা

অহিংগী অমম্ববু অঙানবনা মুথৎপা অয়ুক্তা
লৈমায়দা চোইনা কেনলবা মন্থুরক্লবা অখূইবা
লৈনম কোক্লবা লৈরাং
অমমমতা ওইনা খূনলগা ফিগাওদা হাপ্লি
অকেনবা মিকুপ ময়াম অমা
লৈঙোই শেক্তা মথক্তা
খূদোম্বীনা চৈখৈ চিংদুনা
পোকপা শিবগী কুঠি য়েংই
তুরেল তোর্ব্বান্দা।
অরূবা ঈশং কারবা নূং মরক্তা
ঈচেলবু থওইদনা
ঙা মচা অমা কোয়না কোয়না শান্নে
নুংঙাইনা ঈরোইদুনা ঈরুপ্তুনা
লূখ্রবা ঈশিং খূজোক অমা থকচিনলি
থম্মোইবু চামথোকপা ঙম্নবা
অদুবু নুমিদাংবাইরম অমুক লাকই
অঙানববু মুথৎতুনা।

## নঙগীদমক মীথুংশঙ অমা

খোঙজেল য়াংমনলি
তমথীবা নোংলৈ নুংশিৎ তৌনা তৌই
নীংঙমহৌদ্রবা থম্মোইনা থাজদে
তৃমথখ্রবা ৱাখল মরক্তা
মঙলান ওইনা লাকই
নঙবু লৈ ওইনা শাৎকদৌরিব্রা
হৈ ওইনা পানগদৌরিব্রা
লৈহৌরিবা ঐগী অশাংবা মতমগী লামায়দা
মথৱায় য়াওদ্রবা
মমিতা ঙাইহৌরবা
অকংবা ৱাহৈ ময়েক ওইগদৌরিব্রা
অদুবু নঙ লাকউ
পাইথোক্লুরবা থৱায়গী হঞ্জিনফম
কনদুনা থল্লি ঐনা
শোইদনা থৱায হিংগৎলকখিনী
ঈশৈ ওনলকখিনী
সুর ওইরখিনী
তাম্থা য়াওরখিনী
তাক্লমদনা চৎখিবা নঙগী খোঙচৎতুগীদমক
ঐনা তুরেল তোর্ব্বান্দা, চীংগী নাপোম হাইথরকপা
লৈকোল অমদা
মীথুংশঙ অমা শারবনী।

## লৈরাং অমদি খোইমুগী দাইলোগ

কেনলবী
লৈ অমদা
মশা নামা তৎলবা
খোইমু অমনা ৱারী শাই।
ঙুং ঙুং ঙুং ঙুং ঙুং ঙুং
ইশৌ কনবা নুপা মানলি।
লৈনানা শাউনীং শাউনীং
হঙ্গৎ হন্দা চৎলি লমযাইদা
নুংশিৎনা পুবা মাইকৈদা
ইশৌ লাংবী নুপী মানলি।
লৈনানা হায় - পু থাংবা ঙমদ্রদুনা কেনলবনী
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালংবনা হুমবগী হা কেনবনী
হা কেনবনী কেনবনী ই দে।
খোইমুনা ফি ফি কামই পাইখৎকে হোৎনৈ
লৈনা পংনোকতা নোকই।

## নাপু শারবা নাপী

পুন্সিবু মশক খণ্ডদ্রিবঁ
মতমগা তশেংনা শক খণ্ডনদ্রিবঁ
মীগী অওনবা পুকচেলগা থেংনদ্রিবঁ
লৈকোলগী লৈরাং লৈনমলক্তা ঙাওজখি
থম্মোই।
ঘড়িগী কাটানা চৎলিবমখৈ নম্থরকই
অরূম্বা পোৎলুমশিংনা
আশা খুদীংমক অচৌবা নূংজাও মখাদা ননবা
নাপীগুম নাপু শারকই
পৎথরকই পুমথরকই
নুংশাশ্বব মচেৎ অমত্তং হোন্নবা হোৎনবদা
কয়াদা ৱাখ্রবা থবাক অসি।
সংসারগী অশিংবা লৌশিং ময়াম
চবুন চবুন তাশীন্দুনা
চূং শারগা ঙাকই
চূঙ্গোই ওইদুনা লাম্থেংনৈ
শুপ্নগী হিংনবগীদমক
ঐগী অশোকপশিং লাইজৌবনা হোঁঞ্জল্লকই
পুন্সি মচু শিথরকই।

## চক অমগীদমক

শিদয়াই নাদয়াই অদু নত্তে
ঐনা পাম্বদী
পুকচেল খোয়জেল মান্ননা
হিংমিন্নবা অদুখক্তনী।
সনানা য়োমদুনা থন্বা সমাধিদা
ফারাওশিংগী অভিশাপ লৈগনী
পুক্সিদী তিলহৌনী
পোকপা নুমিৎতগী খোকপা হৌবনী
লোইরকপদা
করিমত্তা য়াওরমদে
মকৃশিং লৈমায়দা চাইথোকই
থব্রায়না মনম ওইদুনা পাইথোকখি।
কুইরে কৌনদবা
অমুক্তং কৌনসি
অশাউবগী অফুনবা ময়াম থাদোক্লগা
কাল্লকপা তুক্কৎচবা ময়াম
য়ারীদা য়াখোঙদা পক্লিবদু শেংদোক্লগা
মনম নুংশিবা নুংশাশ্বর অমগা লোয়ননা
হে চক অসিগী নুংশিগ্রবা
ব্রাজরবা মী !
লৈ মরূ খরা হুনলম্মু শুমাং নাকচিদা
হঙ্গাম খরা থারমউ
তুংগী মীরোলনা চাজনবা।

## য়েনশাংদা শম য়াওবা

য়েনশাংদা শম য়াওরম্মি
চাক য়োৎপা য়াদে
থবক অমত্তা ময়েক থোকপা য়াদে
অপূনবা শমদৌনা তৌই লোইনমক।
শিড়ি কাখৎপদা
খূরাইদা য়ৈশিনবগী অনাবা
কেরোম কাপ্পদা খূৎ নীকপা
শোয়বগী হৌনশা অমা লোয়নদুনতা লৈ।
তারিখ অসুকতা লৈপাকপোকপনী হায়দুনা
পূক্লীং চপ য়ুংনা লৈরুরগা
তারিখকা নুমিৎকা মান্নরমদদুনা
থবকতু অদুম চৎহৌদবা।
কুইরবনী য়াম্না চেকশিন্না
লাইরিক মরক্তা পৈশা য়েপখিবনী
মতাং য়ৌরক্লগা শীজিন্নগে হায়দুনা
মীনা লৌবা লাক্লগা থিবা খঙদে
তথী তথী হয়েরম্মী
ইরাল ইকোক থোংনা য়াজবা তাখি।
খঙদে পুন্সিসে
য়েনশাংদা শম অশাংবা তোয়না য়াওই
নহালব্রাইদী অসুম হায়না তৌরমদবনী।

## লম্বী চৎপা অহল

আনোক অমা
চৈশু অমা
য়োং টুপী অমা
কম্ফোতি অমা
অহাপ্পা য়া মথক মখা
অচপ্পা চাইরুং
মিৎশাং থাংলবা মিৎ
তুরেল কয়া লমলোং ফাংনা
চেম্বুরক্লিবা উনশাগী লৈই
অকোনবা য়াংলেন শরুদা
ইরিবা অব্রা-নুংঙাইগী
শাংলবা ইতিহাস
কোকতা ভক্তিগী রস
খনাউদা লোক
থবোম্বীদা অরিকপা নুংশাশ্বর
অথাপ্পদা তূংওইননা থনম্লবা
লীথোকপা য়াবা য়াদবা ব্রারি: ময়াম।

## পৃথিবীনা মঙোন্দা হংলৈ

অরংবা কোলাস মথক্তা
ফুরা দলান মরক্তা
চরম কংলবা
চাবা ফংদ্রবা
উনশানা খৌরিগী শিংলিদা নপশিনখ্রবা
তুংগী মীরোল ওইগদৌরিবা
অঙাং নাব্রাশিংনা
অহনবা লংত্রিক লংবা
গাড়িগী উফুল মরক্তা শান্নে।
মমিৎ অদুদা
অঙানবা মৈগী পরেং মরক্তা
অমম্বা ঙাক্তা উই টেকনোলোজিগী যুগতা
লাক্কদৌরিবা মতমশিং
শেগাইবা ফুরিৎ মচিদা
আশাগী মনপশিংদু তৈশিনলি
নোংমখক্তং হিংবা ঙল্লবদী
মিৎকুপ অসিমত্তং লাম্থোকখ্রবদী
নুংঙাইবা হায়বদু ওইরগনী।
অঙাং নাব্রাদু
অহাপ্পা মপূক পুরদুনা
শোরোক চিদাইদা বোরা থারদুনা তুন্নি
প্লাষ্টিক শেগায়বা চীংদুম মচাদা
চাওখৎলবা পৃথিবীনা অহিং অথেংবদা
নাব্রাগী মমাংদা লেপ্লে
নোক্লগা তপ্না নানবীদুনা হংই
ফজদ্রা
নুংঙাইদ্রা
চাওখৎলবা পৃথিবীসে ?

## জগোই শাও ইমা য়েংগে

ইচানা শাবা জগোইদী ইপকতা পকই
নুংশিদ্রনে য়েংউশে
চোংঙগা চেনলুসে
ঝননা ঝননা দ্রিগিতা দ্রিগিতা
থৈয়া থৈয়া তা তা থৈ
জগোই শারি পুংলোন য়ৈরি
ওইদা তান চারবসু ইচানী
য়েৎত চাবগদী করিমুক হাযরুনী
নঙনা শাবা তাদিংগী খূবাম মনুংদা
ঐগী পুন্সি যাওরি
জগোই শাও ইমা যেংগে।

## খোরি খোরাং

লৈইদু অসুম চিংলকউ
কোইনা লাকউ
অদুৰাইদা থেকচিনলকউ
অদুদগী মখাদা চিংথরকউ
অমুক হান্নগী লৈই
লান্না লাকউ
সুম লাক্লগা হন্দক্তি
উরুক লৈশিন্দুনা
হঞ্জিন হঞ্জিন লৈয়ু লৈখো
হৌজিক্তি লৈইদু খোইদ্রিং
খোইদ্রাং তৌনা মখাদা পুথরকউ
পুথরকখো মথক মখা মথক মখা
কয়ারক হনলু হনখো
নাকল অমদগী নাকল অমদা
ফৈনা চিংখৎলকউ চিংখৎখো চিংথৌ
লৈশিনলকউ
অসুম লৈশিনলকউ
সোমদা লৈশিনলু
লৈশিনখো
অদুদগী চুম্না নাকন্দা চৎলু
নাকন্দা অমুক লাকউ
থেক্লা খোইনা চৎলহনলু
হঞ্জিন হঞ্জিন চৎলগা
তৎনবা য়াদে লৈইদু
তৎতনবা হোৎনৌ
লৈই চৎলিবমখৈ
লশ্বী লৈরি।

## লাইওং খণ্ডদবা

মপোক অমদা মপোক কয়ারক
মায়থীবগী ব্রারোইপোৎ
ব্রাহং ময়াম খূন্নবা পাউখূম লৈতে
থবক চিনলি।
ঐগী তাগী খৌশারোলনা
নূংপাক্তা খোঙগুল তাবা ঙমদে
তশেংবদী নিংথি তুরেল লান্দুনা
থাঙফম অমত্তং হকনীংলম্বনী
কোকথোং ফারবা প্রমান
জয় তৌবগী আশা।
হোগাইরগা য়েংবা নুংঙাইনী হকচাংসে
থীবোং থীরিল মরক্তা নপ্তুনা লৈবা
নুংশিবা মচেৎ মচেৎ খরা।
অহাংবা নুংশিৎতসু নুংশিবা য়াওই
ফোন তৌরগা খঙগনী
খূন্নকপা অদুনা শাক্কিনী
খঙদে ফেং-শুইনা খরা কান্নহনগদ্রা।
থম্না থক্তা চরাং মশা খপই
ব্রাখল নীক নীক লাওই। ঈশিং।
হোসপিতাল চৎপনা কান্নদে
নারিবদী থম্মোই।
ঈ থোক্তে
নাবদী নাই
লাইওং হায়বা ঙমদ্রি।

## অকংবা উনা খরা

অপাকপা লৈমায়দা অকংবা উনাশিংবু
নুংশিংনা তপ্না তপ্না খোমজিনলি
উনাশিং মখোল থোক্লা কপই
ফোংদোকপা ঙমদ্রবা পিরাং কংলবা।
মরূদগী হৌমিন্নরকপনী
অহানবা পুঙ্গিগী লৈয়োন তম্লকপদগী
উপাল মপৃং ফাদ্রিঙৈ
উশাশিংনা কা তাম্না শন্দোকত্রিঙৈদগী।
ঋতৃ খৃদীং নুংঙাইমিন্নখি
উপাল মানা চাউরকপদা উনাশিংনা
নোংলিকশিংদগী কনদুনা
কালেনগী নুংশা মৈশাবু লাংহন্দনা
উনগী অঙ্গৈংববু নঙ্গন্দা পোবদুনা।
ঙসিদী অনৌবা য়েন্নীংনা মহুৎ শিন্দুনা লৈহৌরে
অদুঙৈগী নুংশিজগ্লবা পাম্বী অদুনা
খিকথগ্রে উশাশিংদগী নাপু শারবা মনাশিং
মথল্লায য়াওদবনী খনলদুনা
নাকেম্থাদা শিন্নরদুনা মখোয় ময়ামবু।
নুংশিংনা চেম্থোকাখিবদা উপালদগী থাপতোরক্লবা
খোমজিনলম্বা উনাশিং মরক্তা
উচী মমা মচা চেন্দুনা শান্নে
মখোল থোকই কিরদুনা চেনখি।
লম্বী চৎপা
অচৌবা খোঙপাক অমা
নেৎথরকই অকংবা উনাশিংদা
হৌনা লাউরকই মখোয়না নারদুনা
খোঙপাক অমসু মথংদা নেৎথরকই।

# অঙাং ওইবা

নীংথা চোৎলবা অঙাং
মরোল থোক্লিবা অঙাং
চাক লান্নবা অঙাং
খোম লান্নবা অঙাং
তুম্নীংলবা অঙাং
ঐ
অঙাং ওইনীংই
পমহন্নীংই
পোহন্নীংই
কপ্লা কপ্লা তুম্নীংই।
করিমত্তা খঙনীংদে
সংসার অসিগী মরমদা
ঐ
মিৎ পানলবসু উবা ঙমদ্রিবা
অঙাং ওইনীংই।

# অঙাওবা, চোইরোল অমদি ঈশৈ

অহিং অথেঙবদা গাড়িগী মখোল রিকশাগী হোর্ন অমদি
খোই মহুমদৌনা ঙংলম্বা পোৎ লৈবা য়োনবশিংগী মীনিনখোল
অদু তাখিদ্রে। অচিকপা মরক্তা খ্বাইরম্বন্দ ফ্লাই ওভরদা
তপ্না তপ্না মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎলি অঙাওবা নুপা অদু।
অঙম্বা কাখৎলকপদা ঙাংবম নিমাইগী ঈশৈ অমসু মরক্তা ঙংই।

থোং ময়ায় চবুক য়ৌবদা চাওখৎলবা শহর য়েংলগা মানা হায় —
নিউটনগী লো খঙব্রা, আইনষ্টাইনগী থিওরি পাবব্রা, গেলিলিও
গেলেইলিগী ৱারী খঙব্রা ? খঙদ্রবদী নঙ দারউইনসু খঙলরোই।
ঐদী খঙই। পৃথিবীনা চাওখৎল্লিবমখৈ মীওইবগী পৃক্রীং
চাওথগনী। অঙাওবা ওইজরবসু ঐদী মী ওইবগী থাক্তা লৈবি।
শামক্তি ওনদ্রিদনা নঙদৌনা।

য়োৎল্হিংনা পুন্দুনা কাখু মচাদা চহী কয়া থম্লুরবনী ঐসে। ঐগী
ৱাখলসু মদুগী পুনবদুদা য়াওখি। হৌজিক্তি ঐ নীংতম্লে। সংসাবগী
অৱা অনা অমত্তা লৈত্রে। ইমা ইচে ইচল ইয়াম্বা ইনাও
নুপী অঙাং লোইনা থাদোক্লম্লে। গৌতম বুদ্ধগী নুংঙাইবা অদুনী
ঐনা ফংলির্বসি। কল্লক্রবা পোৎ অমত্তা লৈত্রে মাঙদা। নঙনা ঙাওগে
হায়রবসু নঙ ঙাওবা ঙল্লোই। মরমদী নঙ পুঙ্গিবু ওইদবা মঙলাননা
কৃপশিন্দুনা থমই।

নঙ চৎলো। ঐ বীর টিকেন্দ্রজিৎ উন্নরুগদৌবা লৈ। নীংতম্বগী ইতিহাস
ঐখোয় মরক মরক্তা নৈনরি। লম্বীদা সাহেব থেংনব্রা করিনোসু খঙদ্রি।
থবক খর চিনলি হন্দকসে। বোর সাহেব ওংবী ম্নাতোম্বীগী মোংফম
থিরুগদৌবসু লৈ। ঐদী হৌখ্রবা অমদি হৌজিক্কি মরক্তা লৈতবা
য়াদে। হিজ মাষ্টরস্ ভোইসকী শৌগ্রীহিদাক মপান রেকোর্দতা
গুলাপিনা শকখিবা ঈশৈ ঙংনা ঙংনা ঐ মমাঙলোমদা
হায়থখ্রগে। নোং ঙানলক্লনী। মখোয় অমুক অচীকপা
থুগাইররনী।

## পাপী অমদী কল্পবৃক্ষ

পাপকী কুণ্ড অদুদগী লৌখৎলগা ফজনা শেংনা ইরুজথোকপিরে।
পুন্যগী অশেংবা ঈশিং খিক্তুনা ফিজোল হোংদোকপিরে।
হৌজিক্তি অমোৎপা অমত্তা লৈত্রে থবাক্তা অদুগা মহিক ফৎতবা অমত্তা লৈহৌদ্রে থোপ মনুংদা। তুখোং খূদীংমক্তা অশেংবা নুংশাশ্বরগী ঈফুৎ ফাওরক্লে। চন্দনগী মরিক্লা হকচাং পূম্বা থুংনা চাইশিনলে। অচৌবা মনম নুংশিবা লৈ পরেং ঙক্তা শীজিনলে।
পাপী অদু কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা তপ্পা চঙশীনলগা লেপখরে।

## মাইল চামা চামা

হঙ্গৎ হন্দা খূৎ তুংবুন্নদুনা চৎলি
মাইল চামা চামা
অপিকপা কা অমদা
ফৎতবা ট্যুব লাইটতৌনা তৌবা নুংশাশ্বরনা পিক থনলি।
লৈচীন নোংফাই থাংদবা
হৌখ্রবা অহিংশিংদা
জাতিকুপীনা ঙৌরোক ঙৌনা পাক্তক্লনা লৈনম
শন্দোকখিবা। নীংশিংদবদী নত্তে।
হৌজিক্তি শম্নদ্রবা মঙলানগুম
অর্থ থোক্রবা নোংঙানবা অমা। ৱাখল য়েৎশিন্নে।
মাইরেন মরিদা খোংক্রম মরি য়েৎশিনলকই
খোংক্রম মরিদা তেংনৌমানবী
তেংনৌমানবী মরিদা হৱাই ঙাকিচৌমানবী
ৱাখল শম্নদনা পংচৎতা চৎলি
হঙ্গৎ হন্দা ৱাখল মরক্তা
ৱাহস্লোক য়াওদ্রবা মাঙদা উরিবা
নোংঙানবা অমা তান্না
মাইল চামা চামা।

## যুগনা পামজবা মঙাল

পৃথিবী অমা লৈরম্মী
পৃথিবী অমা লৈরি
পৃথিবী অমা লৈহৌখিগনী।
মীওইবা মোমবতিনী
চাক্লা চাক্লা অসুম তুমশিনলকই
খঙনা খঙনা অসুম হৌখি
পুন্সিগী অশাংবা পাদম
অরোইবা অচাকপা দোশিতনা খঙই।
মী হান্নদগী লৈরম্মী
মী হৌজিক লৈরি
মী তুংদসু লৈহৌখিগনী।
অদুবু অৱাবদী
চাক্লিবা মোমবতি খুদীংমক
লোইনা মঙাল শন্দোকপা ঙমদে
পুক্নীংগী কাচিন য়ৌনা
লন্থী উহনবা ঙমদে
তুংগী মীবোলনা চৎচনবা।
যুগনা পামজনা ঙাইরিবদী
অহোংবা যুগতা উগদৌরিবা মঙালনী
তোপ তোপ্লা মখলগী
মোমবতি অমনী।

## হৌনবরা মসিবু

করিদগীনো অসুক তমথিপ্ত্রিবসিবু
চীন থীবগী চাং হেনগৎত্রিবসিবু
থৱায় হকচাং প্রোক প্রোক চাকহনবা হৈনখ্রিবসিবু
ঈনা লৱাই লেমফূ তান্না চেনখৎলিবসিবু ?

মিৎনা অঙাংবা জবাকুসুম মানলবদী কমদৌবে
চীনবান্না য়েৎতুমদৌনা তুমথোবকপদী ফজববা
খোঙপাক্লা লৈমাযদা অদুক কন্না থীনলবা
শমবু অদুম হায়না প্রৎ প্রৎ ফোযদৎলবা ?
নুমিদাং, চাক চাদ্রে
অযুক্তা মাগা কৌনদ্রে
শিদা শিশুদী ফবনী খনলক্লে।

পুন্সি হাযবসে অসুম হাযনা তৌই
খঙদ্রমানলে।

## সমস্যা

নোং ঙানলম ঙানফাৎত্রিঙৈদা
সমস্যানা থোঙ থীনলৈ
হৌরো হৌরো ঐ যৌরকলে।
অহিংসু অদুম থেংনা তুমথখিবনী
থম্মোই নীক নীক লাউনা
সমস্যাগী ৱারী শানা শানা
ৱাখল খন্না খন্না
মঙফাওবা সমস্যা ময়াম অমা
কোইতান তান্নরম্মী।

পোকপদগী শিবফাওবা
মিকুপ অমত্তা থাদোক্লবা য়াদে
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং
অচৌবা অপিকপা সমস্যা ময়াম।
রাবনগী মঙকনা কৈদৌনি ?
অককপা খৃদীংগী হেন্না হেন্না চোংখৎলি
মসিসু সমস্যা অমনি।
কাইনথংদা বুদ্ধবু নীংশিংই
খুরুমজৈ মঙাল ফংলবা মঙোন্দা
মমানা অশিবা অঙাং পুদুনা লাক্লগা
হিংগৎহনবীয়ু হায়জবকপদা
অশি অনা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা
ইমুং অমদগী থোইদিং মরূ অমা পুরকউ হায়না
হায়খিবদো চীং লেম্লা মহাক্লা।

সমস্যা লৈতবা তাইবং লৈতে
অসুম হায়না খনলগা
লম্বীদা অচৎ অওক থেংনরিবা খৃদীংমক
সমস্যা নম্মো পোবনী খন্দোক্লগা
অয়ুক অঙনবদা সমস্যাবু তরামনা ওকই।

# মওং লৈতবা মূর্ত্তিদা

ধূপকী মৈখূনা মূর্ত্তি ওইদুনা ফাওরবে
শন্দোক্লরে নঙগী নুংশিবা মনম
তেকখৎহনবীরে ঐগী খুইথরবা থম্মোইবু
নঙগী মখোল থোক্তবা
অতপ্পা খোঙথাং শহুমনা।

মালং তাম্থা লোয়ননা
নঙগী মিববা খোঞ্জেলনা শকপা ঈশৈ
তাহনবীবে নাপ চিক্লা
তাইবং শিম্থা তম্বীদুনা।

কদাইদগী থিকগনি নঙোন্দা কৎনবা
নঙনা পামজবা লৈ অদুদী ঐনা
পঙলবা ঐগী ৱাখলগী পিক্লবা লৈকোলদগী
মিৎনা উব' ফংদ্রবা মচু ময়ামগী
তূংনফম ওইবিবা নঙোন্দা
করম্বা মচু অমুক ঐনা থিদুনা পীবা ঙমগনী।

## তপ্না তপ্না অসুম খঙলকপা

লুপশ্রবা ব্রাবীবু
ইথক হন্থখিবদা তোর্ব্বান্দা থল্লম্মী হূনগৎতুনা
সমুদ্র অমা।
ব্রাহৈতনা যেকপা লাই
মল্লগা মযেক শেংবা হেনলি।
তুম্বাগী লোইবোই হাযথবকপা
শকক্তু কোন্দুনা তুমথখিবা খঙহৌদ্রে
নঙগী ঙকশমনী নীংলদুনা
অতিঙবা মচান যাউম অমা।
নীংখাইববা ফল্লাংদা শুনু হাইজিনলি
ঈশং কাই মতমসু
চীনবানগীসু চহী লৈ মহাও ব্রাৎপগী।
ব্রাবী অদু
লৈঙোই মনুংদা ফুমজিনখি।

## ইবীনবা অমা পামজৈ

১
অহিং থেঙজিনলক্লবদী মোনখুমদা লোনবা
লৈ অচৌবা অশাৎপা, লৈ অপোম্বা অমদি লৈ মনাশীং, উরীশীং
লোইনা হিংগৎলকই, মনম নুংশিরকই, লৈনম শন্দোরকই।

২
মচু ময়ামগী লৈকোলদা ঐগী থব্রায়না কুবাক ওন্দুনা
কোইপাই পাইদুনা শান্নে। কুরাক্কী অরাংবা মচু
লৈশিংগী মচু মরক্তা তপ্লা তপ্লা লুপশিনখি। কুরাক অদু
থিবা খঙদে লৈকোন্দা।

৩
নুংশিবগী মরমদা ইদ্রিবা কবি অমা পান্মী মসি ইথোকপিনবা।

## অরাম খৌরাংবা

নুমিৎনা ৱাতোনবু ফোয়দুনা চাথোকই
অদুবু মপূক ইহাপ হাপই
হোরেল অরোইবদা
ইকায়রবসু ইকায়না
মায়থোং ঙাঙলপ তৌনা
চীংদোন মতোন চাগনী
অদুগা ঈশিং খৌরাংলকপদা
সমুদ্র অদু থকচীনগনী।

## নুংশিবা লাইরেন অমা

অয়ুক্কী লিক্লা কংদ্রিবা অশংবা
অমোনবা নাপী মথক্তা
চোইজাইননা তারিবা শিঙ্গারৈ
লৈ-লাংবী নওগী অথোৎপী খূৎনা
য়েন্দাই থন্না হাপ্লোরাও
নীংশিংদুনা লৈ অমমম অখূনবা খূদীংগী
হৌখিবা থৌদোকশিং নুংশিবা মিকুপশিং
কৎলুনবা অতিংবা থম্মোইনা
মপু মাগী মফমদা ব্রাখলগী
মবাল লৈত্রবা ধূপ থাওমৈ থান্দুনা।

উচান মনানা ইকাইজবী
স্বাই স্বাই চেন্থরকপী শন্নাং মবক্তা
উচেক্কী মকোলগুম লোৎতুনা মায়থোং অসি
লৈচীলগা থাজগা কেকু লোৎপী শান্নবা
লুমাং শন্নাং অমখক্তা য়াম্থরকপা
সনাগী লৈহাউ লৈরেননা ঐবু কোয়থি থিখিবা
তপ্লা খেৎখি খজাইদা সনাগী নাইননা
অমুনবা হৈতুপ মনম নম্বী নওগী
লুম্বু শাবা তনিক তনিকপা নুংশাশ্বর মরক্তা।
হে লৈ লাংবী !
মতম কুইনগী মতুংদা
নওনা শিন্নরম্বা শিঙ্গারৈ পাম্বী মখোঙদা
ঐদী লৈরিদো লেঙদনা নুংশিবগী লাইবেন ওইনা
ব্রাশক ঙাক্লদুনা
নওনা লাকপা ঙাইদুনা।

## কবি ফাঁসি তৌবা

অকংবা ব্রাখলনা
লাক্তুনা ইনলি কলমদা
কান্নদ্রবা স্মৃতিগা লোইননা
চেবাংগী লৈমাযদা উপ্রাক্লা উপ্তুনা
থবো থবো ওনলগা তাই কলম
অনৌবা যুগকা শকখঙনদবগী মবালনা।

যেন্নীং হুনখিদবা কুইবে
ককথৎখ্রবা সনা খোংনাংদা
খোংবালদা পাংখোক্লা মপান শাখিদবে
লম্ফেলদা কোম্বীবৈ শাৎখিদবে
লাঙ্গোল হৈবিৎ পাম্বী মখোঙদা
পাম্বা কৈ কূনলখিদবে।
হান্নদী চেনলম্বনী
সংস্কৃতিগী ঈচেল অমা
নম্বুলদা হিথাংফম ওইবিঙে
ইতিহাস মবক ফাওদুনা
লাংথবাল কোনুং যাওনা
থাকবদা হৌদবা লৈত্রবা
কল্পনাগী চীংদুমদা
অশং অমাননা পীক থনবা
কাঞ্চি লৈহাউ লৈনম
লাকখিদ্রে কবিগী মনাক তান্না।

হৌজিক্তি কবি ফাঁসি তৌবগনী
ব্রাযেলশঙগী কলম মচীন অদু
চেবাং মযাইদা থুদেকখ্রে।

# নঙগী ঈশৈ শকখিগনী

সুর তাদ্রবা খোঞ্জেল ওইরবসু
তাল হঞ্জিন হঞ্জিন কায়রবসু
থম্মোই কাচিন ফাওনা ঐনা
শকপা ঈশৈনী নহাক্কিদমকনী হায়দুনা।
শোয়খ্রবা অন্তরা ওইববসু
অমুক্তংদী স্থায়িদা হনজিনলকখিগনী
নঙদী যাওরি অৱাংবা খোম্থোক্তা
কাচিন য়ৌশিন্না হেকপা ঙমদ্রবসু
ময়েকতি মাঙদ্রিদনা নঙগী ঈশৈ অসিগী।
বাগদী নঙগী থৱাযনী
পুক্নীংদা ফাওবনা রসনী নঙনা পামজবা
হৈত্রবসু ঐদী শকখিগনী লেপ্তুনা
থম্মোই থনূং ফাওনা
পূক্নীং অনী লোংদনা
নঙনা তম্বীবা ঈশৈ
উচেকশিংগী মতূং ইন্দুনা
জংগোই শাহনখিগনী লৌবুক্কী ফৌ চবোংশিং
নঙনা লাকপা লম্বীদা।

## অমনবা ফূরা। অতেকপা লৈ।

ঙসিদী মোন অসি নূংদৌনা কনখ্রে
অহিংগী অশাংবা লোইবা খম্বা লৈতে
মিংপান মথক মখা লাপথোক্লবা হৈনবী ওনলে
পা তুরবা মিংকা লোয়ননা।
নীংখায়রবা ফূরা অদো
লোইথ্রবা মতমগী থাগৎলবা ঈশংনা পুমশং শংনা
লেপ্লি চাইথোক্লবা অমনবা চেক্তেক মরক্তা
নীংশিংদুনা নুংশিনা নুংঙাইরবা মিকুপশিংনা
মিরাং থুদ্রিঙৈ ৱারীদো।
অথাপ্পগী হৈখা মপাল চরোং মরক্তগী
য়েংলকই উখিদবা কুইরবা মিং নহা অনীনা
তগৎ তগৎ তেক্লিবগুম ঙসিসু ৱাশিংদু
শম্বল ৱাংমা ৱাংমদা লেপ্তুনা
শান্নবা ৱারীদৌনা হৌজিক্তা ।

## অশেংবা হায়দোকপা

চীংমুক চাউবা কর্পূর ননাক্তা থল্লবসু
নমথিবা অদুদী কোক্লরোই
অমোৎপা নীতিগী ফিজোল অদু
উনশা ওনলবনী নওগী
মীগী চাওখৎনবা লৈপাক্কি ফগৎনবা
করিবু তৌখ্রবগে ?
ইনাক্তা চঙলক্কনু শমপকপীদৌনা হাক্কৎচৈ
চাশিনখিবা হন্দোক্কে তৌই নওগী ৱাখলদু খওলকপদা
দলান অৱাংবা শাবা মীদু
অৱাংবা থাক্কি মীনী হায়বা তারিনে ?
হে ভোট য়াম্মা ফংবা মী
নওনা চৎখিবদা তাহৌবা খোঙগুলদা
লাইরবশিংনা ঈশিং খিক্তোকই।

## অসিগুম্বা পুন্সি অমা

কদাইদা মাঙখ্রবনো খঙদে হৌজিক্তো
ঙানলম্বা শজিক থাবা অদু।
ঐগী পূক্লীংগী অপাম্বা
ওইদুনা ব্রাবী শান্নবম্বনী।

লাম্মৈ চাকপা মবক্তা যাওখ্রবা পুন্সিনা
কাদুনা তাদুনা লৈবা মিকুপ অদুদা
ঐগী ঘড়িসু তাঙ্গোই মবক্তা লেপ্তুনা লৈবম্মী
হিবোসিমাগী বোম থাদবদা মতম চপ চানা
লেপখিবা কনা গুম্বা অমগী ঘড়িদৌনা।

ইজ্জৎ মাঙলবা মীগী পান্দমগুম
মাযথীববা লান্মীনা লানবনদা হনলকপদৌনা
খোঙথাং অসি মাঙদা থাংজিনলু যাদে
তুবোই ঙাল্লোইনববা থম্মোই পুদুনা
তিংখংদা অমুক যেংই
শজিক থাবাদা অমুক।

পামজবম্বা অমমমনা থব্রানমিচাক অমমম গুম
কুফেৎ কাফেৎ তৌবল্লগ মুৎখিবা
মতমগী অহিংনা অথাপ্পা উমংদগী নোক্লকই
অহিং অদু শুক শুনা মমই
মাদুনসু থিবা ফংলবোই ঐনা
পামজখিবা পুন্সি অদু।

## ঈশ্বর। অমদি ঈশ্বর।

১

অদুদগী ঈশ্বর থাজরম্বদগী থাজখিদ্রে।
পংচৈদা চৈ ঈশ্বরদা মরাল পূম্নমক ঈশ্বরগী ওইরবগুম।
লাইবক ময়ায়দা ঈশ্বর লৈবগুম লাইবক্তা তাইনৈ।

২

ঈশ্বর নুংশিৎ ওইনা লাক্লম্মি থোঙজিনদা
নোং ওইনা কন্না চুবম্মি মমিৎ ফাক্তোক্লগা যুম অহোবদা
খাঙবা ঙমদ্রবা ব্রাকৎ ময়ামনা না তাথীহনলে
মীনা চৈবগী চৈনাখোল খাঙবা ঙমদ্রে ঈশ্বর
ঈশ্বরনা ঈশ্বরবু কৌরকই
ঈশ্বরনা ঈশ্বরবু চৈরকই।

## বসন্তগী ব্রাখল

থোঙ থিংজিনলিগা ব্রাখলবু চঙহন্দবা ঙম্লগদ্রা ?

অদু ওইরবদী মী খুদীংমক থোঙ লোন্নরনী
অনাবদগী ব্রাখলনা হান্না শিবনী হোসপিতালদা
অদুগী মতূংদা হকচাং ইনলকপনী।

উফুলতনা মমশিনহনখ্রবা ঙাংলৈনবা নুমিৎকী
মঙাল অদুগী ফজবসু অদুম লৈবনী। মিৎতা
চঙলক্কনী হায়দুনা উইশিন্দুনা লৈরবদী
কদাইদগী উবা ফংগনী।

নাকেন্থাগী অকেনবা উনা অমদি মরূ কোল্লবা
উপালশিংসু রাশি অদুমক লৈ। বসন্তদা
অদুম ওইহন্নীংলবদী কমদৌনী। নহা
ওইনা শিখিবা মীগী ফোটো চহী কয়া কয়া হৌখ্রবসু
লৈ কৎপা খুদীংগী অদুম নহা ওইদুনা
মিৎসিদা উবগুম্বনী।

অশিবসু বসন্তনী।

## য়ুম। ইম্ফাল।

য়ুম। ইম্ফাল।
নোং অমুক ঙানলি
নুমিৎ অমুক তাই
নোং অমুক চুই
নুংশা অমুক শাই।

হয়েং অমা ঙাইদুনা লৈ
অঙনবা ইন্থমথাদা লুম্বু শাবা
নুংশা থোরক্কনী হায়দুনা
অহোংবা নুংঙাইবা হয়েং হায়বদু
শোয়দনা য়ৌরক্কনী খন্দুনা।

য়ুম। ইম্ফাল।
থোইদোক্লা নুংঙাইতবদী নত্তেদনা
নুংঙাইতবা কয়াগী মরক্তা
ওইহন্নীংদবা ওইরকপগী অৱালক্তসু
করিনো অমনা খরমখৈদী নুংঙাইহনলিদনা।

মীশি মীনা তেংথাখোল মরক্তসু
মী লোইনা চৎলিনা লমজাও শোরোক্তা
বন্দ মরক্তসু হিংলিনা তেক্ত কায়দনা
থা শুগদৌরবী ট্রাফিক পুলিস নুপীসু
ঙাইখো চৎলু অদুম হায়রি মীদা গাড়িদা।

য়ুম। ইম্ফাল।
অৱা অনা নুংঙাইবা মরাং কায়বা সহর
নোং অমুক ঙানলি
নুমিৎ অমুক তাই।

## লৈক্রক চৎপা ব্রা

কনামত্তনা চুপ্পীদ্রবা লৈক্রক চৎলবা চীনবান
নুংশিবা অমগীদমক ব্বারুদ্রবা থম্মোই
হরাও কুম্মে কয়াদা ঙাওজনীংবগী ঈথিল য়াওদ্রবা
লাইদা খুরুমদুনা নিগদৌবা করিমত্তা লৈত্রবা।

ঈশিং চাইবী মনাক্তা অচৌবা নূংপাক্তা
ফমদুনা হৌখ্রবা কান্নদ্রবা লেমহৌবা
নূরা হন্না হন্না তকথোকই
লেকথোকই চীনবান অদু থুপ্লবসু থুপ্না
লৈদৌনা নোংমা মনম নুংশিরম্বা লৈনা।

## মাঙখ্রবা ঐগী ইতাও

মাগী খোন ঐনা খঙই
ঐগী খোন মানা খঙই
অঙাং অতৈ মবক্তা ইবায লাযনা
মহাক যাওই হাযবা
লাপ্পা অদুম খঙবা ঙমই।
চাউবী চফুদা আলু ঙানলগা
অযুক্কী চবা ব্রানবদা
অবৌবা মোবোক অকাবগী ইবোনবা
হিযাঙ্গৈ নংবা অনৌবা ফৌগী
নপশিন্নববা চাককা তোৎনবগুম
তোৎনখিবনী ঐগা মাগা।
নিপা কৈথেলগী উনা শাবা হব্রাগাডি মচা
অমমম চিংদুনা থৌমিন্নখিবনী
দ্রু দ্রু লাউনা কামদুনা চীনবানসিদা
তিন ওবো বো তাবমখৈ
ঙাইমিন্নখিবনী উইনা উইনা
পোদোন মখোঙদা ফৃংনাক লাইকদা
ইমানা কৈথেল কুমলকপা
তল শামু চিনি চফু পুবকপা
তৃমলবদা পুখিবনী পলেম অপোকপীনা
ইমাগী সনামতৃম লাকও লাকও
যুমদা তৃম্নুবসি হাযনা পোদুনা।

কদাইদা কবম্না মাঙখিবনো
নঙগী অচম্বা মীনোক খোইথুন্নবা ব্রাহৈ
থিবা খঙদে অপঙবা ঐনা
নঙগুম্বা অতোপ্পা মকপ নুংশিবা অমা
কদাইদা লৈবগে নঙবু ইতাও
পুমহোং হোংখ্রবা মতমগী কৈথেলসিদা।

# অঙকপা হোসপিতাল

হোসপিতাল অদুদা
শোইনাইরবা নীংশিংবনা ফন্নি হুইল চেয়ারদা
মখোঙ মখূৎ লোইনা বেন্দেজ য়েৎলদুনা
করি মমিং থোনগনী অশোকপা মফমশিংদুগী
য়ানদবা কায়নবা নুংশিবা লোইরবা
শাউনরবা য়েক্লবা ওনলবা
করি মিংথোনলগা পকচগদগে খঙদে।
নর্স অদু লাইরেন্বী কৌই হায়
নোকমি নোকমিতা তৌদুনা লৈ
ঈন্দুনা পুই ঐবু কা অমদগী কা অমা তান্না
বেন্দেজ য়েৎপা য়েৎতবা অনাবা ময়াম উহনলি
মহাক্না হায় -
হোসপিতাল অসিগী খ্বাইদগী চাউবা মগুনদী
চঙলক্লগা থোকফম লৈতে
থোঙজাও অসিদা চঙকপদী য়াই
থোকখিবদী য়াদে।

## লীলা অমা

মেকঅপ লোইরবরা
শন্মাংদোংসে হাপচিনলু
ফিদো পিন অমা ফাজিনলু
মিংশেল
মিংশেল
মিংশেল
কয়াম ব্রাৎলি হৌদৌবা
দাইলোগতু পুক্লীংদা অমুক্তা
হৌবদগীনা লোইবফাওবা নীংশিংউ।
বদং বদং বদং
'সি ঙাঙবা মানা 'সি হায়রকপা
ঐনা চঙশিনবা
খোঙকাপ অমা অনী অহুম
মানা চৎথোকখিবা
লাইট ওফ।
পুম্মম।
অমম্বদা ঐ সিদা লৈহৌবা
ঐনা পায়বা পোৎতু করিনো
অদুদগী নোকপা
য়াম্না হৌনা নোকপা
অদুদগী কপ্পা
পি তরং তরং শিন্থনা
হিক হিক লাউনা ডাইলোগ ঙাঙবা
শিবা
লাইট তপ্না তপ্না মমথরকপা
মিউজিক নুংশিবা অমা
খূবাক প্রোপ প্রোপ
অমম্বদা হৌগৎলগা উইংস্‌তা চঙহৌবা।

## চৎফম খঙদবা লম্বী

অমুক হন্না উন্নববোই খঙনা খঙনা
হন্না হন্না লম্বী অসিতদা চৎনীংলিবা কবিগীনো
নক্লনা নপশিন্ননা ফমিন্নববসু
ব্রাখলগী অবাপ্পা নাপ তম্বা ব্রাববা
সনা চনীং অমনা লিকফাং অমা শাবগী ব্রাখল
খূৎই থীবা দাক্তবগী প্রেসক্রিপশন
শিংলি নাউবিশিংদা কান্নহনবা ঙমদ্রবা ভিটামিন চাদুনা
চৎনা-নাববসু চৎলি উন্নববোইদবা লম্বীদুদা
আশাগা ব্রাখলগা ঈমু-নাইমু তাবমখৈ খৎনৈ
তাদুনা লৈহৌই লৈমাযদা শ্রু শ্রু নৈববা মমি খব
লম্বী অদু তপ্না তপ্না লমলোং ফাংলকই।

# অচিকপগী অহৌবা মখোল

ইথন্তা
অঙীংবা কা অমদা
অচিকপদা মখোল যাম্না হৌই
নুংগী খোঞ্জেলশিংনা
মথং মথং যাওনলকপদা।
লাই হবাওবগী
লাই লৌখৎপা চৎলুবগী
পবেং পবেং জগোই শাবা
মাইবীনা লাই তোংদুনা ঙাওবা
মযাম
ঈশৈ অমদি পেনা দৌনা
কৃক কৃক ইন্নে
নীংশিংবা অর্মদি লাক্কদৌবিবা
ৱাখল পবেং পবেং
লৈশাবী পাখংদৌনা
জগোই শাবে
ঐগী কোক্তা
ইথন্তা অচিকপদা লৈবদা
কাগী ফক্লাংশিংনা
মবোল লোনবা হৌবকই
অচিকপদা
অহৌবা মখোলগী ৱাবী ঙাক্তা
ইথন্তা লৈবদা।

## ব্রাহং

ব্রাহংগী ব্রাহং ঙাক্তা
লোইবা নাইদে
অঙাংবা নুমিৎনা থোক্লকপদগী
অঙাংবা নুমিৎনা তাখিবফাওবা
নুংতিগী কোক চীকই
পাউখূম থিবদা
মিকুপ খূদীং ব্রাহংতনা কোয়শিনলি
হিংবা
অচৌবা ব্রাহংনী
মদুগা লোইননা ব্রাহং মকুপ মকুপ
থোইদীং শংবাই অমা হৈদোকই
মরু অমমনা ব্রাহং অমমম
ঐনা হিংবা
থোইদীং মরূ অমমমগী পাউখূমনী
খুম্বা ঙল্লরোইদৌবা
পাউখূম শাগৎপদা
পোক হৌরকই
পোক অমমমসু ব্রাহং ওনলকই
হিংবগী অতোপ্পা মমিং করিনো
ব্রাহং ময়াম অমা থোরকই।

## ইতিহাসকী অয়ুক অমা

লৈনম যাওদবা লৈদৌনা
মচুতনা ফজবগী অর্থ হনগনী
হাযবগী থাজবা পুববা
লৈকোল অমা শেমগৎলি
মালেমগী কাঙলুপ অমা।
নুংশিৎ শিৎপগী কান্নবা লৈত্রে
নোংম নোংমগী
লৈনম তাঙখৎলবা পৃথিবীদা
নুংশিবগী থম্মোই হুবা লৈনম
চান্নবগী নুংঙাইবা ফাওহনবদো
মথন্তগী ওইবা
মীবু নমথনবগী
মীবু ওৎপগী কাংলোন মবক্তা
মফম মবাং খঙদনা মাঙখ্রে।
অহিং অসি যাম্না মমই
লিক্লা চোৎ চোৎ লাউনা তাবগী
মখোলনা নিনলি।
নোং ঙানলকই
লৈনম যাওদবা লৈগী লৈকাদা
ইতিহাসকী অযুক অদুদা
লিক্লাগী মহুৎ ঈনা শিনলকই।

## মপাল নাইদবা

ঐগী লোইনাইদ্রবা অবাবা ব্রাখল
থবাক থনূং যৌনা
খাংঙমদ্রবা চৈনা পীবক্লবা
ঐগী থম্মোইনুংদা
মিপাইবগী অকিবগী চৈথেংনা
চীংগী লাম্মৈগুম
চেনফম লৈতনা চাকখৎলক্লবা
নোংমক ওইনা খিকথবদ্রবসু
লৈচীলদদী ওইনা পাইবকউ
নওগী লোইবা নাইদ্রবা
থৌজালনী হাযনা লৌগনী ঐনা
অপাইবা লৈচীলবু।
হন্থবা লৈবোই কৈদৌনুংদা
ঐগী শেংনা নুংশিজবা
কোক অসি নোম্দুনতা লৈগনী
নওগী লোইনাইদ্রবা
থৌজালগী অতিযা মখাদা
শোনগনী মপাল নাইদ্রবা মিংলেনবু
খোঞ্জেল অসি লোইবফাওবা
পূং অদুমক যৌখিনী
তালগী ঙমখৈ ফাওবা।

## পাসপোর্ট

লৈপাক নাপী লৈঙোই
চীং চেনৈবাক
উ  ঝ্রা পাৎ তুবেল সমুদ্র
মথং মথং লোইনা শন্নে
নুংশিত্রবা পৃথিবী
মীগী মী ঙাক্তনী
অঙৌবা অমুবা নাপু ঙাংলৈনবা
মিৎ অবাওবা মিৎ অখূবা
নাতোন চাউবা নাতোন তুম্বা
চীনবান অথাবা চীনবান অপাবা
মতু হৌবা মতু হৌদবা
বাবীবু শাবনদী
মপূক অদুম ফবমই
পুকচেল তিন্নবর্দী
লোল খঙনদ্রবসু যাই
অদুবু
তোখাই ভাবা পাম্বা থৌইনশীন্না
ঈংখোল ঈংখোল শম্বল খাই
মফম খুদীংগী
পাসপোর্ট অমা চঙই
নঙ কনাগো তাক্লবা।
ঙা চাবা কাঙবু
ঙাবিতা হৈনবা মীশিং
শন  ওক লিন যোং
কৌজেং হাবৌ তা চাবা কযা অমা
হঙ্গাম কোবী হব্রাই
খামেন আলু চাবা খবনা
মনা মশীংতনা চীঞ্জাক ওইনৈ
চাক দবলকতি

তল নুদলস
মীগী পূক থন্নবা পাশ্বে ঙাক্তনী
অদু ওইরবসু
মরূপকী মনাক্তা চৎপদা
লৈপাক লান্না খোঙ থাংবদা
নুংশিবা কনা উন্নবদা
পাসপোর্ট চঙই
ভিসাগী সিল ফুদবা য়াদে
ঐগী মী মখল ধর্ম
ঐবু চিংহনবীবা কাঙলুপ
পোকপগী ইং শোক
ইদবা য়াদে।
লৈপাক লৈপাক অমহানি
লাইনা শেন্বা মী অমত্তনি
হায়রুবা য়াদে
মখোয়না তানীংদে
ইমিগ্রেসনদা
সেক্যুরিতি কাঙবুনা
ফৈজোম থোকপমখৈ
নান্দুনা হুমদুনা য়েংই
মী নঙবু মী অদুনা
চিংনবনা মিৎয়েং ওই
মালেম পূন্বা অসি।
নুংশিব্রেদা হে পৃথিবী
নঙগী ভূগোলবু
মখোয়না মচেৎ মচেৎ য়েন্নদুনা
শেগাইদুনা শান্নে
নীংতম্বগী মিংদা

ঐদী পাসপোর্ট য়াওদবা নীংতম্বা অদু পামই।

## অচেনবা দৃশ্য

ব্রাখল লাক্লবসু
ইনবা পাঙ্গল অমদি চঙই।
লাইয়েকপনা য়েকপা লৈচীল
অতিয়াদা কোয়না পাই
হান্না পাইরম্বা অশেংবা
লৈচীলদুদী লেপখ্রে।
ব্রাখল চপ লেপই
লৈচীলদী পাইরি
গাড়ি তোংবদা নাকনদা লৈবা
উপাল ব্রাপাল য়ুম কৈশিংনা চেনলিবরা
ঐনা চেনলিবরা খঙদে।

## অফা অপুন মরক্তা

পুন্সিনা ঐঙোন্দা
অঙাং মচা পিকক্রদৌনা ওইনৈ।
পৃথিবী অসি
মাগী শান্নবুংনী।
হরাও তয়াম্না চেন্না চোংনা
চীংয়া তময়া ফাওনা
লৌবুক লমহাং কোইনা পাৎ তুরেল য়াওনা
মনীং তম্না শান্ননীংই।
ঐদী তাইবং মীনী
ঐদী অথিংবা পলশিংনা
কোইশিনবা ৱাখললোন মরক্তা
মখোয়না য়াৎপা পথাপ পরিং মনুংদা
পুন্দুনা থম্বা থৱায় পুদুনা হিংনবা হোৎনবনী।

## নোকপগী ব্রাহে ঙাইবা

লোন নত্তে লুরিবদী
পাউ ফাওনবগী নুংঙাইবা অদুখক্তনী।
ময়েক ফন য়াম্না ইদুনসু
পাবদা চনৈনবা ব্রাখল থোক্লকবদী
করম তৌবা ?
লৈবু মীরা ?
মীবু লৈগী মতৌ তম্বা ঙম্লবরা ?
ব্রাহং অমা অদুম লৈ অকোনবদা
মচুসু ফজবা
লৈনমসু নুংশিবা
লৈশকসু ফজবা লৈ অমা হেক্তা লৌবো
অদুগা
মী অমগা চাংদমনৌ
কদাইদনো অব্রাৎপা অমা লৈ
মদুবু পুম্সি কৌগদ্রা খঙদে।
চমম্নববা মীনা ইবা খুৎই পারগা
যাওনবা খুদীং তোঙান তোঙান
ব্রাখল অমমম থেংনৈ
হিংলিবা খুৎহিং অসিমক
ঐগা লোন ফাওনদ্রে
মীবু উরগা নুংঙাইরমগদৌবোইদা নীংবা
হৌনবী ওইরমাল্লে
ঐবু নুংঙাইহনবা ঙম্বা
ব্রা অমত্তা হায়রকউ
কুইরে নোক্লক্তবা।

## ঐগী ইমানা হায়

ঈ মতূমদগী নমু শারেপ ফানবা য়োক্লকপা হায়বসে
তরাইবা থবক নত্তে। নঙনা চাউরগা পলেম পন্থৌগী
মতেং পাংবীরক্কদৌবা নুমিৎ অদো ঐখোয়না কয়াদা
খৌরাংনা ঙাইহিরিবা। খোল্লাং মমল পাম্বা নত্তে
ইমানা। অদুবু তাইবং শিম্থা লোইরমদাই
পুন্সি নুমিৎ মরাই চাইথরকপা মতমদদী নঙগী
নতেং পাল্লকইদো নাব্রা নুংশিবও।
তাইবং কল্লক মিৎয়েংলক্তগী ইমাগী শেগায়বা
ফিজিনা খূমজিন্দুনা লোৎশিন্দুনা থম্লীংই নঙবু।
ফত্তবা নত্তবা ওইদবা ফজদবা শাজৎতগী ঙাকথোক্লবা
পাম্বে থিবা ঙম্লবা পন্থৌদগী পাউতাক লৌজহৌ।
নঙগী পুন্সিনা মহে য়ানবদা ঐখোয়গীসু পুন্সি
মহে য়ানলে। ঐখোয়গী তুংলমচৎ নঙনী।
পলেম পন্থৌগী মিংচৎ থীহনবা ফজহনবা
হায়বসে নঙগী নখূৎতা লৈরেদো। তাইবংপান
অসিগী শাথীরবা অমদি খোঙফম ভ্রমখত্তং
শোয়বদা তুবদগী হৌগৎপা ঙম্লরোইদবা লম্বীদা
পুন্সি খোঙথাং খোঙকাপ ব্রাইরকপদা নহৈনা
নঙগী লমজিং মৈরানী, অফবা ব্রাখলনা
নঙগী পাঙ্গল ওইগদৌরিবনী। য়েংহৈদবা
য়েংলুদবা, তৌহৈদবা তৌরুদবা, চাহৈদবা
চারুদবা, হায়বসিনা
পুন্সিগী অচৌবা খুৎলাইনী। মীনুংশি খঙবা
থৌজাল হৈবা হায়বসিনা নঙগী লাইনীং
লম্বীনী।
লাও, ইমা খোল্লাং ইনগে লাও।

## অসিমত্তং য়াওরমদ্রবদী

নুংশিবা হায়বসিত্তং য়াওরমদ্রবদী
য়াংনা লেনলম্বা য়াবনী পুন্সিসে
হঞ্জিন হঞ্জিন ব্বাবগী হৈনবী অমা
শেমলে ইতোমতা
য়ারক থিনবগী হৈনবীগুম
ঈ হেক থোক্ত্রিফাওবা।
অদুগা
তীন চারবা থম্মোই
চৈনাখোল কয়ারক ফংলবা
থাদোকপা ঙমদে হৈনবী অদু
থোৎপদগী থোৎলবা
কনবদগী কনলবা
শোনবদগী শোনলবা
লাইর ইনাকখূনবা খাইদবা
অচৌবা রাজনীতিদগী
হেন্না তমথিবদগী তমথিরবা।
লান
লৈপাক
মী
ইতিহাস
ঈ
পুন্নমক্কী হৌরকফম।

## কেরোলিনা ! ঐনা নঙবু নুংশিজৈ।

ওক্তোবর থাগী থামৈদা
অপাবা নুংশাগী ইন্নফী ইনবী তঙ্গৈংবী
নপূক তপ্পী কেরোলিনা
ঐনা নঙবু নুংশিজৈ।
উমং চীঙ্গোল
লম্বী লমলোং
তুম্বক তুম্বক
হংঙক্রুবদী খূন্বা ইকাইজৈ মতাগুম
তুমিন্না লৈরিবা চেক্কী য়ুম ময়াম।

ওক্তোবর থাগী থামৈদা
মেপল পাম্বীশিং মচু ওনবা হৌবে
হে কেরোলিনা !
উনাগী অঙাংবা অশংবা নাপুগী ফিজোল শেৎপদা
কয়াদা পকচরিবা নঙসে
চীং লেম্বী নিংথৌ মচানুপীদুমঙাই।
নঙগী ঈংনা হুন্বা নুংশিৎতা
কদাইদনো মান্নবা অমা য়াওই
পোইনু লোইশিনলকপরা
ৱাকচিং চঙলকপরা
ঐনা লাকপা লমদমগী।
উচান পাম্বী মনমনা
চেঙহী শম্বাল লাংলিবী
হে কেরোলিনা
ঐনা নঙবু নুংশিজৈ।

## চন্দন চৈ।

হিংবা হায়বা পোৎ অসি
অসি সুম ইৎপদা
হিদগী চন্দনচৈ ওনশিনলকলে।
মমাং কুমওনদগী
হন্দক্লা খর ফগদ্রা হাযনা খনবসি
মীওইবগী হৌনশা ওইরমাল্লে
কেরানীগী টেবিলদগী ফাইলদু
শুকলেং লেংদবা ফন কুইরে
চা গিলাস অমা
ক্বা মতপ অমা
প্রোমিসরি নোট খর
খংচৎ চৎখি ফাইলদু অতোপ্পা কা য়ৌনা
ঐগী পুক্নিদা অহোংবা অমা
থুনা লাক্লবা য়াই
অদুবু খবরদা বৃশ্চিক রাশিনা
করি হায়রিবগে পাকখিবা তারি।
ৱাববা মতমদা লাই শোনবগী
হৈনবী অমা ঐগীসু লৈজৈ
খজিক্তং থৱায় নুংঙাইরকপদা
খংমাঙ খংমাঙ মাঙই
অদুগা অমুক হঞ্জিনলকই।
ঙসাই নল্লি মল্লিব মতমদা
লমজাওদা কম্পোর অচৌবা ইন্দুনা চৎহৌবদু
লাইতোনজম তাইবোহনবী মানলি
পেন্সন ফংদ্রিঙৈদদী তাই পুনলগা চৎলম্বনী
হন্দক মরক্তি ঐখোয়গাসি
খর খর কৌরে
লৈকাই থৌদোক ৱাথোক্তা উরে
করি রাশিনো

অমুক্তা হংগে তৌবনী
গোবিন্দ খূরুম্বসু অমুক অনীরক
চৎলুরে হায়ব্রা করিনো
নুমিৎনা নোংচুপ্তগী থোরকই হায়বা য়াই।
ঐগী ফাইলদু হৌজিকফাওবা
খূংদৌনা ঊংলি
টেবিল অমদগী টেবিল অমদা
থবক তৌবগীসু পৈশা
থবক তোকপগীসু পৈশা
শনি খুরুম্নবফাওবা পৈশা লৈত্রবা মতমদা
খরগা অমুক খিলাইখিবা তারি।

মসিগী অধ্যায় অসি লোইরগা
ঐ অমুক
ক্যদা লেপ্লুবা শোইদ্রবনী
লাইতোঞ্জম তাদগী মতূং ইন্দুনা
চন্দন পাক্লা থিন্দুনা
চন্দনচৈ তারবা পুন্সিনা।।

## নোংজুমপান মরক্তা

পুম থিংনা চুরবা নোং মরক্তা
অশুকপা উমংদা
চরোং হাইথরিবা
উরৈ চরোং মরক্তগী
মিংয়েং ফাওনা য়েংলকউ
নোং চোংলদুনা নপশিনলবা
শেগাইরবা ছত্র ময়াম য়ুংলিবা মরক্তা
উচেক ময়ামনা মশম ফোইদোকপিখ্রবা
কাঙখংলবা অচোংপা অয়ুবা ইগী
হরাওবীদ্রবা উমংলাই শঙলেন।
মাইবীনা লাইমাং ফমখিদবা কুইরবা
খূনগী লৈশা পাখংশিংনা
জগোই খূংথেক কংলখিদ্রবা
তূর্মলিবা লাইনীংথৌ লাইরেম্বীবু
হৌদোকপিরদ্রবা য়াকাইরোল শক্তুনা
পেনাগী ওঝা কনানা
লাইবৌ লা থারখিদ্রবা
তাংখূল পাখং কনানা
নুরাবী মাগী পামলৌ তম্লকখিদ্রবা
অচোংপা নাপীনা কূপ্লবা লাইবূং অদো
উরৈ চরোং মরক্তগী নখোয়না
অমুক্তা মুন্না য়েংলকউ নোং মরক্তা।
ঈশং কারবা শঙলেন অদো
ঐনী।

## অশোকপা মফম

কুইনা শয়োন চীংখৎলক্লে
কুরোল হ্দোকখ্রবা কুরাংবান অদু
অপাকপা মমিনা মফম কলহৌই
লৈ মচুগী উনশাদা
তুখোং খূদীংদা
মফুৎ মফুৎ
আঃ নাখ্রেদা নুংশিবা।
ইচাওগুম লাক্লম্মি
তোর্ব্বান নমখাইদুনা
পুদুনা চেন্থখি
মায়থোং অমা হকচাং অমা
মখোল থোকখি ঈবাওখোল
নাহেখোল লৈহৌই
কুরাংবান য়াওদবা হকচাংগী মফম অমদা।

# বনান লানবা চিঠি

থাজরুদে নূং ওইরমগনী
খন্দুনতা লাকখিবনী লশিংনী হায়না
ঈপোম হৌরকপনী নিক্ নিক্ লাউনা
হায়নীংবা ময়াম অমা
কদাইদনো অমা বনান লানখি
ঐগী ব্রাহে অর্থ ওন্ন তৈনখি
মচীন তেক্লবা কলম অমা
ইগে হোৎনবদা চেবাং শেগাইখি।

ঐগী নুংশাশ্বর হু চেনলবা ওইরবা
ঙসিতমক খঙই ঐদী
তোঙ্গানবী ঙক অমনা লৈথোকখিবদা
চীনবানগী পাঙ্গল য়াওরক্তে
মায়থোং লোৎশিনখিবদা।

অঙ্কগী ময়েকশিংনা থব্রানমিচাক
পাদম লাক্তুনা গ্রহগী খোঙচৎ থিবদা
ঐগী থম্মোইনা পোত্থাফম ওইরবোই নীংলুবনী
অরানবা নিংথৌ তুরেল তোর্ব্বান্দা
খঙহৌদনা ইকাইবা নংখি নুংশিবগী
থব্রানমিচাক অমা কেনখিবদা।

খোঞ্জেল অমা তপ্পা তাই
শাউদে করিমত্তা
শাউগনু হে অরূবা ঈশিংতনা থনলবী পাৎ
ঐদী খঙদবা লম্বী চৎপনী খৌরাংলুবনী
লাইরেন কনা শঙলিবা থম্লাখাদা।

## ময়েক উদবা লামায়

লামায় অমা
ময়েক অমত্তা মমি তাদবমখৈ
ইবদা পিক থনলবা।
ককথোক ককশিন ময়াম
করিনা ফগদগে পনলেপফম খঙদবগী অব্রাবা
থিৎলি থিৎলি হৌবা লাইহৌদৌনা
অমুক ঈং অমুক শাবা
ফৈজ্রুপ শুপচিনবা কাওথোকপা।
ময়েক মমি তাদ্রবা লামায়দা
শম্না মফৈ অমগী মফম হাঙদে
ঐগী শৈরেং কোইচৎ চৎলি অহিংগী লামায়দা
মমিং থোনদ্রিবা অঙাংদৌনা
পকচবা মিং থিরি
কুঠি য়েংলি।

## মঙাল খজিক্তং

মঙাল অমখক পামই
ঐগী অহোবা ই গী য়ুমথক ফাওনা চঙলক্লগা
অকাইবা মিংশেল অমদা য়েনবা।
চংথোকপা ঙমদে থোঙজিন য়ৌনা
থোঙ অসি অমুক্তং হাংগে খনবা
লাওনা শাবাক ফাক্তুনা।
পোৎ লোইশিনলিঙৈ অমম্বদা
মাঙখিবা পোৎ ফংনবা লাক্লরিঙৈ
শুকশং শংদে শুকঙম ঙমদে।
ঐনা মঙালবু নুমিৎ খূদীংগী ঙাইরি
পিক্লবসু পিক্লা খজিক্তংবু ফংলবদী হায়না
মখোয়না ফংখিবা মঙাল অদুমক
য়ৌবা ঙমদ্রবসু য়ৌররোই খঙলবসু
অৱা অনা লৈতবা পূক্লীং অদুদী ওইহল্লীংই
কল্লক মীহৌ য়াওদ্রবা পুকচেলদুতংদী পামই।
ঐগী অমমমবা য়ুমসিগী
কা মঙা মঙাল লাক্লবদী তরুক শুরনী
ঐগী অৱাবা লৈররোই
চৈনাখোল পূম্নমক্তগী কোক্লগনী।

## অতোপ্পা মালেম

অফবা অমত্তং খনবা ঙমদ্রবা পুকচেলদু
অমুক্তং খয়োম লাকথোক্লগা য়েংগেরা
নত্রগা
ঙমু অমা উশিল তৌরগা ফগদ্রা ?
অচুম্বনা কেক্রু লোৎখ্রবা
পাপীশিংনা সনাগী মাইউপ উপ্তুনা
কোইচৎ চৎলি
ওইদবনা মথি ফোংলকই
ঙাচকনা লেঙবা ঈশিংবু
ঙা চাবা মালহনলি।
পৃথিবীসি হৌজিক্তি
য়ু য়াম্না থকপা মীগী চাকখাউ ওম্হোক্লে
খোইরি লিনশাং শোকপগী হৌনশা
নুংশাশ্বর মনমদা
মশা পৎলবা ঙাগী মনম ঙাক্তা।
সনাগী মাইউপ উপ্পা
নুংশাশ্বর নমথীবা
লুপাগী খোঙউপ উপ্পা
মোজা মনম নাইরবা
মখোয় ঙাক্তগী ওইখ্রে মালেমসে
নোংমৈ থাঙ চঙদে
য়োৎকী ফুরিৎ লিৎলি
অদুগা মশা পুন্না কান্নুক্লা য়োমই।

## লোইনাইদ্রবা তীর্থযাত্রা অমা

লেকথরুরগা অমুক তেকখৎলকই
উমশীনলুরগা অমুক মকা ফনদোরকই
ইকাইথবী মনাগুম
ব্রারুরগা অমুক পোত্থাজৈ পুক্লীংনা
নুংশা অমুক শাই
লৈচীল অমুক থাংই
আশানা য়েন্নীং চোংগদৌবগী
নোংজুথা ঙাইদুনা লৈ।

অদুবু
পোত্থা পোত্থা চৎপদা
থুংলুবা খুদীংগী লম শাংদোরকই
হিমালয় চীংখোঙদা লেপলি যুধিষ্ঠিব অমা
খোঙনা চৎপনী
খোঙথাংনা পুবনী
য়েন্নীংথাগী খোঙচৎ অদু
তীর্থযাত্রা অমনী লোইনাইদ্রবা
মখোয় খুদীংমক্লা চৎনখিবদু।

## নোস্তালজিয়া

থাগী থাচৎ ঙাইজবা ঐ
অঙ্গং অশা নোংজু নুংশা
মতমশিংবু খৌরাংজবা
ঋতুগী খোঙচৎপু
থোঙ্গান্দা ধূপ থাউমৈ থাদুনা
ওকচদুনতা লাক্লবা
অপঙবা ঐঙোন্দা
এয়ার কন্দিশনর অমনা থায়নগী অথাবা উনশাদা
অনৌবা যুগকী অঙকপা চাওখৎপা ওন্দুনা
টেকনোলোজি নম্বো পোবগা থোঙ্গান্দা থুংলৈ।
নোক্লীংই অওনবা
লুপা মচুদা শংবান্নবা কাপ্পা অহিং
থাজ মাসু উহৌবনী
মাগী নাপদা শমজিদা থেৎতুনা শান্নখিবা
লৈবাং পরিজাতকী মনমশিংনা শাক্কিনী
লুরুক্লবা ইকাইরবী নুংশিববী মাযথোঙ অমা
শমজিনলগা লোইনমক হায়ব' ঙন্বী মিৎচীগী মবোল
উরেংকোম্ব্রৌনা ব্রাপলদা যা ওনলকপগী মখোল
শজিবু গুলাপ ঙমজবী
তঙাংলবী ব্রাঙাংদবী চীনবানদা
ঐনা ইখিবনী মুৎনাইদ্রবা ঈশৈ অমা
য়ানখিবনী অহিংগী তাম্নাগী মখোলসু
রেকোর্দ তৌবা ঙল্লরোইদবা
নুংশিবা মিকুপশিংতনা থনবা
থম্মোই শেংনা পাউমেন্নখিবা নুংশিরবা অহিং কয়া।
মাগী চিঠি ঙাইঙমদে লৈরক চুথেক্তা
শিংজু চাশিন্নে ইনেগী পোৎফমদা
সনাবুন নাকন্দগী পোপ থাদবম্মি
অশেংবা টৌটি ঈশিং শোক্লকনী

খূৎনা পীবা য়াদে হায়দুনা চিঠিদু
তপ্না চৎখি মতারোইশিংগা
নাকন্দা সনাবুন পম্লপ য়েপ্লদুনা
হঙ্গাম মপান ফনেক
তেনব্রা মচুগী ফি মতেক ইনবী নুজাদো।
লালতেন মমাংদা চেমনিদু
তেঙ্গালি কাবমখৈ লৈখৎতুনা
হন্না হন্না পাই মাগী ক্লাস নাইনগি খূৎইদো
পাব পারগা ময়েক্লা নুজাগী মায়থোং ওনলকই
তুম্বা য়াদে লিকোল মফম নীংশিংই
থীজরবসু সনা ওনলবা ময়েকশিংনা হায় অরোইবদা
নোংগৌবীনা লাইজ ঈশিংবু খৌবাংনা ঙাইবগুম
নুংশি নপাও খৌরাংনা ঙাইজরি।
মিকপ থোকপদা ঈ-মেল অমা লাকই
প্রিন্ট লৌথোকই
মেন্যুস্ক্রিপ্তা থম্মোই য়াওদবা ময়েক ঙাক্তা
অফবা ব্রাহৈনা পিক থনলি
পৃথিবী অসি থুনা উংঙব্রা কবিনো
থাবল ফবা অহিংদা
থোকপা অঈংবা থাজগী মায়থোং ফক্লগা পুবক্তুনা
নমুনা খর মখোয়না ম্যুজিয়মদা থমই
য়েংবা চৎলুই টিকেট কক্তুনা
থাইনগী সেক্সন্দা ঐ য়াওরম্মী
লেপ্তুনা লৈরম্মী
য়া কারদুনা।

## থাবলগী ফিরাল অমদি কনানো অমা

চে গুয়েবারাগী লিংজেল পুদুনা
পোক্লকখিবা অঙাং অদুগী
খোইরি নাউরি ককপদা
হাপ্লবা চফু কাইখি।
বোলিভিয়াগী জঙ্গলদগীনা
ম্যানমারগী জঙ্গল ফাওবা
অমনবা বুট উপ্পুনা চৎখিবা ঙাক্তনী
চাবা থকপা ফংদবমখৈ
মখোয় খূদীংমক
মানা খ্বাইদগী থাজবা মরূপ পুদুনা
পুরক্লবা অচৌবা অওনবা অমা
অসুম অসুম শাংদোরকই খোঙচৎ
কৈদৌঙৈ লোইগদৌবনো খঙদে।
অহিং তূম্বা য়ারক্লবা
নারক মোংশোং ফাওনা ঙানবা থাবলদা
য়ুমগী থোঙ্গাল নীংশিংই
অদুদগী অমুকসু মথং মথং নীংশিংই
নুংশাশ্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোকপদা
'ইমা' হায়বা ৱাহৈ য়াওরকই
কুইরে উরক্তবা অখূইবী মায়থোংদো
চৈনা চৈনা নুংশিবী খোঞ্জেলদো।

মতম কুইনগী তূংদা
মীরেনশঙদগী পুথরকই চগন্নরবা হকচাং অমা
ফমজিনখ্রবা ঈগী ঈফুৎ কয়া
ঈফুৎ খূদীংমক 'ইমা' হায়না
কৌরম্লগা লেপখিবা কুইরমাল্লে।
অহিং কয়া নারক মোংশোং মরক্তা
মহাক্লা নীংশিংখিবা নুংশিরবা থোঙ্গাল য়ৌরক্লে

*'ঐ লাক্কে ইমা' হায়বগুম তৌই মানা*
অদুবু চঙহনবদী চঙহন্দ্রে য়ুম মনুংদা
মাগী নোক্কুনতা লৈবা ফোটো থেৎপা কাদুদা
মহাকপু পুশিনবীদ্রে।
থাবল অদুম ফরি ঙসিসু
নারক মোংশোং ফাওদুনা
অপাকপা লৈচীল থাংদবা অতিয়া অসি
ঙসি অপাকপা ফিরালদীনা তৌরে
ফিরাল অদুদা কনানো অমনা
খ্বাইদগী নুংশিনা লুনা তৌজবা
কনানো অমবু থিরি।
পৃথিবীগী মফম অমদা
চে গুযেবাবাগী লিংজেল পুদুনা
ঙসি অঙাং অমা পোকখ্রে।

## মিং ওইনা পনজরবদা

মখোয় মশেল পংথাদ থাগৎনৈ
খূবাক পংখূদা খূই
অমা হেক থোরকপগা
মিং ওইনা পনজরবদা...
খূবাক অমুক খূই।

মবৈপাক্কি মবমদমগী ঙাক্তনী হায
কয়াদা মীগী কান্ননবা তৌখ্রবা
খূবাক প্রোপ প্রোপ প্রোপ
প্রোপ প্রোপ।

ঐ ইথন্ত ঙাইহৌরমানলে
লৈবাক্কি খন্দবসি
ঐবু কাংখদা চঙশ্রসিবনে ?

নুপী নহা অঙাং অহল
মখোয়গী ৱাঙাংনা শুমই
ফদী ওহ্নোকই
কয়াদা হৈখ্রবনো
ঐসু হৈনীংশ্রেদা
মিং ওইনা পনজরবদা
খূবাক পদৎ পদৎ পদৎ পদৎ।
মিং ওইনা পনজরবদা
মাগী মমিং.....

## নঙনা পীবা থৱায়

পুন্দুনা পুবীয়ু নঙগী
কৈশুমশঙ তম্না।
ইকায়দে করিসু নঙগী নফমদা মায়থীবা।
মহৈ য়ানলে পুন্সিসে
নঙগী য়াথংতবু মতম পূম্বদা
পাঙথোকপা ঙম্নবদী ঐনা।

হন্না হন্না মায়থীবা পাম্মী
শকনাইদবা নিংথৌ নঙগী নখূত্তা
নঙগী থৌজালতনা মথৌ ফেংলবা
পূক্নীংগুম্না লংলবা থাঙগী ময়ানা
থম্বীয়ু ঐগী ঙক অসিদা
নঙনা পীবা থৱায়নী
নঙনা লৌশিন্দনা
কনানা লৌশীনগনী।

নঙদী ঐগী লাইনীংনী লাইশোলনী
ধর্মনী অমদি থাজবগী ঈপাকনী।
ঈপাক অসিদা মমি তাবি
শকউদবা নঙগী ঈশিং
ঈপোমতনা শাবা মুৰ্ত্তি।

## অঙাং অমদি তেনৱা।

শে শে শেবোটি
নঙগা ঐগা কাওনসি
কনানা ঙমগে য়েংনসি।
মুতুমগী উৎসবতা
হঙ্গাম থোংবা থুম নমদে
করীগীনো ? করিগীনো ?
কাংনা চীকপনে মানা চীকপনে
অহিং শুকতূম-তূমবা য়াদে।
থানিল থাগী থায়াইদা
থৌনাওজম থোইবীনা
থৌরীনা থৱায় থাগে থৌরাংবা
থুনমক থাদোক্কদবনী
গুরুগী য়াথংনে।
অঙাংনা তেনৱাদা হায় —
ভজ কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু নিত্যাইনন্দ
আদ্বৈত্য শ্যাম
চক্র ধর কৃষ্ণ জগত কর্ত্তা
পাতপীত তুমহীত ভরোসা
ভজমন দিবারত্রৌ শ্রীমতি
রাধিকা কৃষ্ণ চন্দ্র....
ললিতা কৃষ্ণ কথা বোলো
কৃষ্ণ কথা বোলো
শোনলুনে ইতা
ৱাহৈ অসি হায়যুনে।

## হা ইবেম্মা ! থংলেন ইমান মচামক্তবু পাম্মুবী..

পেনাগী নুংশিরবা চৈজীং খোঞ্জেলনা
থম্মোই নৌনা হুইথরকপদা
শেনবুংগী থনুং য়ৌঙম্বী মখোল য়ানলবা
অদুগা ইবুধৌ লাইমাঙদা
শাবী ইনেমচানা থেকপী
লময়ৌবী জগোই খুৎথেক্তা
খোঞ্জেল ফবী কনাগী ঈশিং
চেম্থবী উবী খৌনাওদগী ব্রাংনা
শক্লকপী খোইথুম্নবী ঈশৈ শৈশকনা
লাইর পাখং মানা
তাম্না হনখিগদৌবদু অহিং
থেংজিনগ্রবা ফাওবা কাউথোকহনলবা....
অদুগুম্লবা অহিংদা
লান্নখিবা ক্না মতপ
অদুগুম্লবা কজেংলৈগী অরংবনা
মিৎ থকৎহনখিবা অহিং
অপাবা ইন্নফিনা
ইকাইনা খজিক্তং শিৎথখিবা অহিং
মতারোই মরক্তা চৎনীংদা চৎনীংদা
তুংওইনখিবী মাগী খোঙথাং অতপ্পীদো
পাখং নাক্তা কুইনা লৈহৌখিবদো .....
হা ইবেম্মা !
থংলেন ইমান মচামক্তবু পাম্মুবী....

## অরাইবা লাইরোল

নঙগী ঈঙ্গিৎ অমনা
ঐগী নুংগী মিৎ পাংহনবীয়ু
নঙগী নুংশাশ্বর মরিকশিংনা
ঐগী তুখোংশিংদা থেংহনবীদুনা
পুন্সিগী অৱা চৈনাখোলদগী কোকহনবীয়ু।

মালং ইপোমলক্তা য়াওবা
নঙগী শুমহৎলবা খোম্থাং নুংশিবা
ঐনা করম্না মরোল হন্দোকপা ঙমগনী
চাইথোক্লবা লৈ মরক্তা থাংলকপা
নঙগী থোৎলবা খোঙথাং
ঐগী অচম্বা মিৎনা করম্না উগনী।

নহাক লাক্কনি খনজদুনা
ঐগী খাংপোকশঙগী থোঙজিন্দা থানবা
কেগামগী অপিকপা মৈরীনা
নাকল য়েৎলোম মাইরোম হাইদুনা খাঙজবা
নঙগী লাকপগী শহুম ওইরবোই নীংই ঐনা
লাক্কম্লগা কদাইদা চৎখিবনো
চন্দন মরিকশিংগী মনম শন্দোক্তুনা
খোংগুল লীফম খঙদে নঙগী
খোঙগুলদা তারবা লৈরাং ঐনা।

# চীংলোন মাপল ব্রাংমদগী

চীংলোন মাপলগী শম্বল থিংদুনা
শা-শননা মহৈ মরোং চাখিনী পাখৎতুনা
মচাশিং মপূক থনবা ঙমলোই খনজদুনা
চেকশিন্না চীক্লা ঈংখোল শঙলিবী
ইমা !
লমদম তাল্ল তাল্লগা
নঙগী নুংশিবা শক্তম ময়েক শেংলকই
থাপ্লা থাপতোক্লক্লগা
নঙগী খোল্লাংগী লম্মন
শিংঙমলরোই খনলকই
মীগী মমা উর উরগা
কায়নবা মতম কুইর কুইরগা
ইমা নঙবু হেন্না হেন্না নুংশিরকই।
চীংলোন মাপল লানলবসু
ঈশ্বর মফম খূদীংমক্তা লৈ হায়নৈ
ঐগীদী নঙনা ইনাক্তা কোইশেন
শেন্নবগুম ফাওই ঈশ্বর মহুৎ শিন্দুনা
নঙগী শেগাইবা পোন্থিদো
ঐগী নুংঙাইরবা লৈকোলনী
নঙগী লাইরবী মনমনা
ঐগী নুংশিবা লৈনমনী।

## য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?

লমজাওদা গাড়ি খামখিবগী মখোল। মতুংদা
মমাং লৈরক্তা খোংউপ ময়ামনা চৎখিবা তাই
মনীং লৈরকতা কনা কনানো ?
অথেংবা অহিং
নোংয়াই চবুক
মমই
য়েন্নখাদা মী লাকপ্রনে ?
কাঙগী মখোল মরক্তা খোইমু নীংশিংলকই
নাকোঙ ৱাই চিনলমগনী লৈরাংদো।
য়াওনলগা তূম্নবা হোৎনৈ ফক্লাংলোমদা।
মশীং থীবা হৌই অমা অনী অহুম
মরি মঙা তরুক তরেৎ .....

নোংমৈ মখোল তাখি য়াম্না নক্লা
নুপী নুপা কপ লাউবগী খোঞ্জেল
চীন থীনা চৈখিবগী অরূম্বা মখোল
ৱা ৱা করিনো তৌরিবসিবু
কনানো অমনা হায় মাদী য়াওজদবনী।

থোঙ কন্না থীনলকই
য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?
খোঙউপ বুটশিংগী মখোল তাই
য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?

# লৈহৌরবা রেনেসাঁ অমা

নীংশিংবা
হাংবা য়াদ্রবা শো ওইনা
অদুমক লৈজরসনু
মসিগী পৃথিবী অসি নঙগী মনম নমই।
জুরিখকী ওদিওন কাফেদা
লেনিনগী কপতা লেমহৌবা কাপুচিনো
শঙ্গোম পুবা ট্রেননা অলপাইন ফাওখিবা
অমম অঙান শিন্নবা অতিয়া মচু
ভেলাজকোয়েজগী তুলিদা নঙগী খজাই
থাংজিনলকপদৌনা তৌই ঙাংলৈনবা নুমিদাংব্রাইরম
ওইহনখি সিনেমা অমা জাঁ-লুক-গোদারনা নম্বা।

এরিষ্টোটলদগী খোংনাংথাবফাওবা কোকসিদা
উরুরুরু লৈদুনা লৈ ভেটিকানদগী কংলা ফাওবা
রোমগী টাইবর তুরেল কংলে অমুক্তসু ঈশিং লৈখিদ্রি
ইম্ফাল তুরেলনা সন্মান ঙাকলি ঐগীদী।
তাজমহল মনুংদা মোংফম
মোংফম মথক্তা কোরান শরিফকী আয়তেঁ
ব্রুনেল্লেসচি মানা শাজবা গম্বুজ মনুংদা তূমলি
খঙদে নূংপাক মখাদগী কৈদৌঙে ময়দনা হিংচাবা থোরক্কনী
ঐদী কিজে লাইফমলা মোংফমলা খঙদে।
রেনেসাঁ যুগকী কংলাদা থোঙ্গাল অহুম ফাংলি
ঐনা বেপটিসট্রিগী কোরিগী থোঙজাও অহুম নীংশিংই।
অদুবু রেনেসাঁদগীসু থাপতোরক্লে ঙসিগী পৃথিবী
অহিং মচুগী শন্নাং
অমম্বদা মাঙখিবা থাইনগী ইতিহাস সাহিত্য
কোইথি থিবা লাকনৈ জয়ন্তকুমার শর্মাগী ঈশৈ ময়েক মরক্তা।

যৌবন তুংওইনবা কুইখ্রা
চহী লানখ্রবা বেনেসাঁদা
মরিফু হেনলবী তায়েঞ্জম অবোক্তু
অফবা ৱা লাউনা কন্না হৌনা ঙাঙদ্রবদী তাদে
অদুগা মাগী মরমদা তুমিন্না ঙাঙনবা
হেক্তা তারম্মী মশুগা লান তৌনৈ
ইপাম চৎচখ্রগে।
থাপতোরক্লবা হৌখ্রবা তোর্ব্বান্দা
নঙনা চিংবা ঈনদা
ঐদী ঙামেমা মচানী।

# কাবাগী লম্বীদা

স্বর্গগী অপাকপা সামিয়ানা মখাদা
মরুভুমিদা পাইবা লৈঙোইগী নোংলৈ মরক্তা
সুফি মণ্ডাল ফাওরকপা রুমি অমা হাফিজ অমা
লম্বীদা পৈগম্বর উন্নরকখিগদ্রনে খন্না চৎলি।
লেপ্লদি য়াদে চৎলি চৎনা চৎনা নোংমগী
মঙারক খূকউ খুদক কূন্না মাবু নীংশিংই।
আরবকী অহিং লীশিং অমগা অমগী তুংদা
রামজানগী অহিং মাঙখ্রবা বাগদাদ অমা
চোৎলবা লিক্লা মরক্তা
ঐগী শবনম লৈকাদা অদুম কংশিনখ্রে
খৌরাংবদী লেপ্দ্রি মরুভুমি অসিদা
র্করিগুম্বা থেংনরবদী মযখানা অমত্তং
য়ু নত্রবসু সাকিগী মিৎয়েং অদু থক্লীংলম্বনী
যেক্লবা মরক্তা মানা ঐবু ঙাইরমখিগনী
কাফুর-ও-ইত্র তৈরগা চৎপা লম্বীদা।
পীর কয়াগী লৈখা তাহৈদ্রবা ৱাহৈনা
চিংদুনা পুরি ঐবু দরগাহ কয়াদা
শক্লি ঈশৈ অমির খুসরোগী
পুক্লীং অসি খজিক্তং ঈংথনবা।

## উগদৌবা মিৎয়েং অমা

মতম খরগী ওইনা -
ঐ
নঙ
থমখিসি।
শুপ্লগী মী
মাগী মরমদা খন্নসি।
মিৎ উইশিনলগা য়েংউ
মরমদী মিৎ পাংথোক্লগা
উদ্রে করিসু।
য়েংবদংগী ৱানী।
পিতনা চামথোক্লবা
মিৎ লীশিং লীশিং
মরোল থোক্তনা পাঙদুনা লৈ
লোইশ্লবগুম ইতিহাসকী পন্দুপ অমা।
ঙাইহাক্তংগী ওইনা
ঐ
নঙ
থমখিসি।
শুপ্লগী মখোয়গীদমক
মৈখূ ময়াম অসি
ঙাইহাক খাঙখিসি মিৎ উইশিনলগা।

## অপনবা ব্রাহৈ কয়া অমা

য়া কাখৎলুবদা কাঙ অমা চঙখি
ব্রা হায়দোকপা ঙমদনা খৌনাউদা পনলি
কাঙ অদু ঙাইহাক ঙংলম্লগা লেপখিবগুম তৌই।
নঙ অদুম ফমউ
ঐগী ব্রাহৈ খৃদীংমক হান্নদগী পন্দুনা লৈরকপনী
ঈশিং ফাওবা পনবা য়াওই খৌনাউসিদা
ব্রা হায়বসে পনবা য়াম্লা য়াওই
অরুবা ব্রাখলনা শাবা ব্রাহৈনা
ফোঙদোকপা য়াদনা খৌনাউদা
ঙা মরূদৌনা ফৈনা লৈথোকখ্রবা।
নঙ অদুম তাও
য়ারক্তা পনখিবা য়েনশাং অদু
লৈনা লৈনা-লৈনা ওৎতুনা ঈস্থোক্লবা হোৎনরবসু
য়াদবা মতাঙ পিক থন্না লৈ
মিৎকুপ নাহুম তাঞ্জা য়েংদুনা হায়গে
খন্দুনা থম্বা শাজিনলবা পরেংগী ব্রাহৈ ময়াম
করিগীনো খঙদে
পূক্লীংদগী থোরক্লগা খৌনাউদা পনলি।
নঙ অদুম তাও

## য়ুমগী মৌনা খঙজবা পারা

অয়ুক ঙন্তা হৌরে
ইমুং রাই শিংলি
তুলসিবোং রাই তৈ
মরকসিদা চা লোন্দবা য়াদে
ফিনা শুগদৌবা হাওপোৎ অমা
টৌটিসু ঈশিং তাদে
কৈথেলসু ঙাইহাক কারুদবা য়াদ্রি
চানীংঙাই থোংনীঙাই করিমত্তা লৈতে
ইসে কোনলিক ময়ামসু অমুক
পুমচাই চাইদুনা লৈরি
ফদিগোম খজিক্তং হুনখিবদু ঈংখোল মতোন্দা
মরূ পোকখায়বা ঙমদ্রমানলে
ঈশিং চাইবীবা কাউবদগী
সনারৈ খরা শাৎপসু
থংনবৈ ইন্দোমচানা হেকমনবদগী
ঐখোয়গী কৎনবা লৈত্রে লাইদা
ইমাবোকনা ইরুজবা কারকপা খুদীংগী খুবাক খুরগা
হেকপদা তুলসিসু মনা পানদ্রে
মমাংলোমগী শম্বলসিসু শৎলগা হেক্তা পুখি
অপুবা মী মশক খঙই লাউরুবা য়াদে
মচীন মনাও ময়াম থাং পায়দুনা চোংথোরক্কনী
মৌনাও ময়াম য়ৌ য়ৌ তৌরক্কনী তনলি
ঈংখোলসিনা খোপচিনলকখিবনা খোপচিনলকখিবনা
অশিবা পুথোকখিনবা লম্বীফাওবা লৈশিনলক্ত্রে
আ টোপ খোংনাংখোংদা মরীমতা শিবগী অস্তিসু লৈ
লৈরক অখূবসিসু চৎফম লৈত্রে
ইনাকখূনবা ইমুংশিংনা দলান শাবগী
লৈঙোই, নুং, কংক্রিত পৈদুনা থম্বগী
য়োৎ মশাং লম্বীদা থেকপগী মিস্ত্রি ময়ামনা থনলি

চেক চাম্বগী ঈশিংনা ব্না ব্না লম্বী লোক লোক লাউই
অফুনবা নালাদা মমাংলোমগী কৈনোসু
মপং মপং মপং থাদরকই
হুন্দক্তি লৈরকসিদা মমাংলোমগী কাংবুনা
মনীংলোমদা কোম্বোং ফাৎপসু হৌরক্লে
থাইনদী ব্রাপল লৈরম্বনী
ঈশিংগী পোলিথিন পাইপতু
নালাগী কৈনো মপং মরক্তা লুপ্তুনা লাকই
টোটি ঈশিংনী হায়দুনা থকই
পুর্ণিমা নুমিৎতা ঐজ্ঞা বিনোদ শর্ম্মনা
গোপাল সহস্রনাম থীবদা গঙ্গাজলগা য়ানলগা
আচমন তৌবদা শীজিন্নে
হোরেন্দি মী ফাখিবে ধারনা ফম্লুগদৌবসু লৈ
ইহে ব্রাখল খনলিঙৈদা
থবকসি নংনহৌররোই অমত্তা
জ্বাই জ্বাই অমুক্তা চাইথরুখিগে
মপাসু লংফৈ চৎখি
মচাসু লাইরিক তম্বা চৎখি
ফোন অমত্তসু তৌরক্তে
ঙাওবরা করিনো খঙদে।

## কদাইদা চৎলিবনো খঙদে।

মহাক চৎখ্রে
কদাইদনো কনামত্তনা খঙদে
স্বর্গদরা নরকতরা নত্রগা
থব্রায়দু কোইপাই পাইদুনা লৈরিবরা
লমখৃনু ওনলদুনা।
বৃন্দাদেবী পাম্বী অমা কোকতোন্দা
উচুক মরিদা ফি অঙৌবনা কোয়শিনবদু
মাগী চৎলমদাইগী কা মচানী
মদুগী মনুংদা লৈবা মাইবনা
মাগী অরোইবা মরূপনী।
করি হায়নরিবনো খঙদে
মাগা মাইবগা
ঈ থাংদ্রবা মথন্তা থাংগৎচরক্রবা
মখুৎতু থাঙ্গৎপীরগা
কোকতোনগী নৌনা থাবা
মনা খুইথরবা বৃন্দাদেবীদা নুংশিনা শোকহনলি
মখোয় মরি মঙা ঈশৈ শকলি পৃং যৌনি
মহাক কদাইদা চৎলিবনো খঙদে।

# হুরানবা হৈনীংবা

মীগী মকোকতা হুরানবগী ব্রাখল অমা
ঙাইহাক্তং ওইরবসু মিকুপমুক্তং ওইরবসু
ওককী মমৈদৌনা পোথাবা লৈতবমখৈ
খনলি মরিং মরাংবা ব্রাখল মরক্তা
মিকুপ অমখক্তং হুরানবা ঙম্লবরা
মহাক মথস্তগীনী হায়দুনা।
অরাংবা শোরোক ঙাক্তা
কৈথেলদৌনা তৌরবা মিকুপশিং
ঙায়োনবীগী লুকমাইদগী খঙহৌদনা
চোংথোকখিবা পোরোংদৌনা
উফুল তৈববা মিকুপ
সুবগা ময়েক্কা চানদবা ঈশৈগুম
নাকোং ব্রাই চিনলি
তাল শংলগা শক্তোকপসু হুরানবনী
মদুগী ফজবা অদু ঙাইবনী।

## য়োল্হিং থদৎতুনা

অহিংগী অমম্বা য়োল্হিং থদৎতুনা
পাইথোকখিবা চেক্লাচাদো নোংঙানবা ঙাইঙমদনা
ঙাংলৈনবা মচুগী অতিয়াদা তিনখি
চেক্লা মাগী কুচুসু
ঙসি কোরৌ নোং নীংতম অয়ুকসিদা
মায়কৈ মরি পাংনা শাখপ তোয়গদৌরিবা
খোঙবুরোই কনা থেংনগদৌরিবা
মাঞ্জ মপাও তাখিদবা কুইরে
পামেল ফৈরাদা তোংদুনা
অচিকপা উমংদা ঈশৈ শক্কুনা
পোম্বী চীল্লোকমিন্নরুসিবা
চীংজুম লাইজ থক্কুনা
অবা পোত্থামিন্নরুসিরা ?
কয়াদা নুংঙাইগ্রবা অহাঙবা অতিয়াসে
পামদে তাইবং লোনচৎ শাজৎ
সনাগী য়োল্হিং থাংবা মপোক অদো
কদাইদা করম্না নীংতম্লিবনো খঙদে
মশানা শেমজবা অরানবা নীতিগী লাংদা
পুন্সি চুপ্পা থুদুনা লৈবদো।

## অঙকপা লৈপাক

লৈপাক অদুগী লৈকোলদা শাৎপী
ফজরবা লৈরাংশিংদা খোইমু অমত্তা ঙংলদে
উশাশিংদা উচেক মকোল শারবসু
উচেক অমত্তা অতিয়াদা ঈশৈ শক্লা শক্লা পাইদে
নুংশিৎ কন্না কন্না শিৎলবসু
উনা অমত্তা লেঙদে
তুমিন্না লৈ
ৱাকৎতে
পোকপদা ঙাইহিরিবা অঙাং হঙা হায়দে
মমাদা খোম লাম্বগী কপতে
অশিবগীদমক কপ্লবা
নুপী অঙাং অহল লম্মন কনামত্তগী মমিৎতা
পি মরিক অমত্তা য়াওদে
অফা অপুন্নবা অকিবা অৱাববু
নোংমগী চিঙ্গাক ওইনা চাই
চীন পানলবসু ৱা ঙাংদে
হায়নীংবা খুদীংমক ৱামৈদৌনা ওল্লগা থমই
মকা ফোংদবনা অশীংবা শকই।
মীপূম খুদীংমক মনীং মখা তমই খনলি
অমগা অমগা মমিৎ খানা খানা য়েংনৈ
নোকপগী মখোলদী অমুক্তা তাদে
চাওখৎপা চহী লীশিং কয়া শুরবা লৈপাকনী
ফুরা দলান অমত্তা উদে
নোংজু থাদা তুরেল তোর্ব্বান কায়গনলি
কালেন থাদা থক্লবা ঈশিং লৈতে
অমম্বদা মৈঙাল উদে
নোংমদা থোকপা পাউ খুদীংমক
লমদম অসিগী মীশিংনা
নাকোং মনুংদা পংহানদা হানজিল্লি

মায়থোংদা করিমত্তা ফাওদে
নুমিৎ খূদীংমক্কী পাউ খূদীংমক
চপ মান্নে
ফনা য়াম্না তৌরবসু য়েংনরগা তোকই
হায়বীনীংঙাই খাম্বীনীংঙাই থেমজীনবীনীংঙাই
কনাসু লৈতে
অঙকপা লৈপাক অসিদা।

# কারবার

মসিগী মহুত্তা অদু পীয়ু
শেল অসুক থাদরে
নওনা লুকমাইদা হাপ্লিবা পোৎতু
ঐনা অমুক লৌরগে।
নঙোন্দা ঐনা ’সি পীরবদী
ঐঙোন্দা নওনা অদু পীফম থোক্তা ?

ব্রাখল খর য়োনগে নঙগী তোংনবগীদমক
নঙ ঐঙোন্দা কয়া পীবা ঙমগনী
ঐদী ঐগী ব্রাখলগী শরুক অমা য়োনবদা
নঙোন্দগী শরুক অকক্লব' খর লৌনীংই।
পুন্সিদা ললোনদবা মী অমত্তা থিবীরকউ
কারবার য়াওদনা মদোম হিংবা ঙমগদৌবা
শোইদনা অবান খুভম ফংগনী মহাক্তু।

ধূপ-থাওমৈ হৈরুক-হৈরা লৈ-সু কৎলগা
লুপা খর থাদদুনা
লাইনা ফম্বা দুকানগী সেরফালাদা
নঙগী অপাম্বা আশা ময়াম থাঙ্গৎলগা
মদু পীবীয়ু হায়দুনা নিবসু কাববারনী।

## আশা পান্থী

হোবে হোবে
মফি শেৎচিনলি
খোংউপ উপশিনলি অঙাংদু
লাইরিক মোন অমা
নম্বো পোশিনলি
মমাগী ফিজিগী লন
মপাগী থম্মোইগী মনি।

পলেম পম্বৌগী অৱাংবা আশাগী
উ পান্থী অদু
কার নাম্থা কাব নাম্থা শান্নে।

## খজিক্তং শোয়বা

য়েংবদদী কয়াদা নীংথিজখ্রে
তোঙ্গানবী শাবান তারদনা
শজি মিৎতাদা পা অমুবনা কোনখৎলদনা
মোমনু চীনবান য়াকা য়েংলুই
থম্বাল লৈনাগুম থোৎলি
লৈচু শঙবোই নীংই
নুজা মানা মেরাগী থাবলদা
খোঙনীং কাংলপ চৎপদী
লৈমায়দা তাবা থাবল মঙালদু
খোঙদা তৈরবোই হেক নীংই।
নীংদু তাবু ফজবীদা
অমুবা শন্নাং থাদরকপদী
চীংথক্তা কাখৎখিবা খোঙ লম্বী
ওইরবোই নীংই।

মবীংজেলসু খায় লিষ্ণোইঙম্বীদৌনা
ঙাঙথোরকপতবু
পাম্বা কৈরেনদৌনা তৌই
অঙাঙবা খূদীং
অথোৎপা মাঙই
লেমজবগী মচু কোকথরকই।

## থোপ চাইথোক্লগা তাহৌবা

অমসুং ইয়ারপোর্টকী এরোপ্লেন লীশিং কয়াগী
প্রোপেলর লীশিং লীশিং উরগা
ঐহাক ঙকলম্মী তশেংনা।
মতুংদা খন্থবা হৌই
ঐগী কোকসি উরু রুরুরু রুরুরুরু লৈদুনা
পৃথিবীগী রনবেদা তাবদগী থোপ কায়খ্রমাল্লে।
ঐগী মক্লক মক্লক লাউরবা খূবাক ময়ায়সিদা
নোংমা তীর্থদগী হেন্না শেংলবা নুমিৎকী মঙালনা
চাওখৎলবা শতাব্দীগী সূর্যমনীদৌনা মৈশা ফাওহনলম্মী
অদুদগী নুমিৎ থোকপা কাংখ্রে
মাঙখিবা অদুদা য়াওখিবনী
ঐগী নুংশিবসু মচেৎ মচেৎ ওইনা।

নঙোন্দা ঐনা হায়খিদ্রা
নঙগী খুবাম মনুংদা নোংঙানববু
ফাজিন্দুনা থমউ হায়দুনা।
ঐহাক হৌজিক বসন্তদা কোকিলনা খোংলবসু
অদুক হাক্না তানীংবা ফাওদ্রে অদুঙৈদৌনা
মদু তারগা চায়রুংগী শরৎশিংসি
কাপখৎলক্কে তৌরকই।
নোং মরক্তা ধর্ম্মগী খোল্লাও
নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা রাজনীতি
ইতিহাস চুমথোকপা পণ্ডিত ময়াম
অদুননী
ঐগুম্বা বুদ্ধি য়াওদবশিংগী মনুং চনবা মীনা
কেলেন্দরগী মিৎ উইশিন্নীংবা
অহাংবা হকচাংগী লাই য়েংলগা
নিংদোন চোংলিবসি।
পৃথিবীদা কুইনা লৈমনবদগী

য়েংনীংদবা ঙাক্তা য়েংমনবদগী
চোকথরে মতম অমদা যাম্না কনলম্বা হকচাংসে
কৈদৌরুনী অনানবা হোটেলদা চঙলুদুনা
ইংলিশ হৈবা ব্রেটরগী ওমলেট অমা চারুদুনা ?
নিউক্লিয়ারগী নুংশাশ্বর মরকসিদা
মরী মতা, শাগৈ-নাতৈ, ইমুং মনুং পিকশিনখ্রবা
শুমদৌনা লীক্লরবা থম্মোই পানবা মীওইলক্তা
হোই নীংবুদী নীংশিংই হায়বা তাই
অমম্বা ব্রাখল মরক্তা
নোং মংবা নত্রগা লৈচীল থাবা নুমিত্তা
ঐগী টোর্চলাইট ওইরম্বী নুংশিবীবু।

খনফম খঙদে, পোত্থাফম খঙদে
ঐগী কোকসি উরুরুরুরুরুরু লৈদুনা
পৃথিবীগী রনব্রে ময়াইদা থোপ চাইথোকপমখৈ তাহৌই
এরোপ্লেন কয়া কয়া পাইখৎখি
অমগী মথং অমা
অমগী মথং অমা।

## লৈমায় লৈত্রবা লৈমায়

লৈতাদ্রবা পৃথিবীদা
ঐগী ককঙাওনরবা থব্রায়না
নোংঙানলমদাই খুদীং চৎলি
লিক্লা ওন্দুনা লৈগী লৈকাদা পোত্থাফম থিবা।
ব্রাখলনা য়ুমগী থোঙনাওদগী পাইথোকখিবা নুমিত্তা চাবা ফংদনা শিরবী
অশিবা মমাগী য়াংগংলবী খোল্লাং
চিংদুনা থকলম্মি শন শারিবা অঙাংনা
লৈতেম মান্নবা মরুভুমিদা
হংলক্কনু ঐঙোন্দা
ঐগী হকচাং করিসু তৌদে - করিমত্তা তৌদে
শরূ পোলাং মনুংদা ঈ তৈরদুনা
নুংদা বেন্দেজ পুনবগী ব্রাতনী।
খবরগী লামায়দা য়াওবা ফোটো য়েংলুবদা
অয়ুক্কী অহানবা মনিন কাবা চা
হুমুক খায়
মীওইবগী ধর্ম্ম হান্নগুম মপাঙ্গল লৈরক্ত্রবদা
অচুম্বা-অরানবা, অঙানবা-অমম্বা
ইয়ান য়ানশিন্নে কোকসিদা
মিংশেল য়েংদ্রিঙৈ ঈশাসে ব্রাহোংগুম্না ফজে
মিংশেল মাংদা লেপ্পরগদি ক্বাক মানলি
থব্রানমিচাক থোক্তবা অহিংদা
থাসু য়ুরবোই খনলি ঐগী ব্রাখলগুম
অশিংবা শাদুনা কয়াম কুইনা হিংখিনী খঙদে।
ঙসি তশেংনা ঈশ্বরগী মমাংদা
ইতিহাস অমদি মতম, অনীবু বলি তৌনিংই
পূন্য খরদং ওইরবসু ফংনবা
নাকোংসে নাহে খোঞ্জেল য়াম্না তাই
ঐগী খোঙয়াদা লেপ্পনবা লৈমায় লৈরক্তবা কুইরে।

## ব্রাহৈ

শাংনা হায়রুবগী কান্নবা লৈতে।
ঐগী পুক্নুংগী খোইরী লীনশাং তিংথোক্লকপদা
মাইল কয়া ওইগনী।
অহাওবদী খজিক্তমক চারগা হাওই
মরোল য়াম্না য়াওবা ব্রাহৈদী য়াওদবা
মিৎয়েং অমনা লোইরে
মখা তানীংঙাই লৈত্রে
ব্রাহৈগী সমুদ্র অদুম্মক তোঙান্না লৈজরসনু
থুম য়াকপা ঈশিং ওইদুনা।

## অশংবা শৈরেং

অশংবা শৈরেং
শংবান্নবা ঈশিং ওম্ছোকখি
অতিয়াগী মমিদা
তেকখৎলি অখন্ননা পামজবা ময়েকশীং
নোং চুপ্পবা মতৃংগী অশং অমানগুম্না
অরুবা ব্রা খবা য়াওবনী
নুমিৎকী মঙালনা অশংবা উনারক্তা ফাওজিনলকপদৌনা
অদুবু মিরাং অমসু তপ্না তপ্না উরক্কনী।

## অমুবা কোলাস, খোঙচৎ অমদি খোঙবুরোই

অভিশাপ ফংলবা খুন্নাই অমগী
থমাইখ্রবা, মরোল থোক্রবা, মরৈ ককথৎপীখ্রবা মীওই ময়াম
মখোল থোক্রবা অহৌবা খোঞ্জেল
শোয়রবা লৈঙাকলোনগী ব্রাকৎপগী ঈশৈ শকই
মমায় য়াওদ্রবা পৃং কন্না কন্না য়ৈদুনা
তাবীগনী খন্না অরাপ্পা লমদমগী স্না-কোনুংনা।

নুমিদাংব্রাইরম য়াওদনা
পুন্সিগী অহিং খঙহৌদনা ওইখ্রবা
মরীংজেল পানবা মখোয় খবদং
হাইথখি অমুবা কোলাস মথক্তা
পোষ্ট মোর্টেম রিপোর্টতা কবিসু ফংখিদে
নোংমৈ মরু নত্তনা হকচাং অদুদগী
অদুবু অখঙবশিংনা হায় —
থব্রায় হকচাং খাইনরমদাইদা
ঈশিংগী মহুত্তা 'ইমা' হাযনা শোনলম্মী
অদুগা চুম্নগী মিৎনা উবা ফংদ্রবা
ওমখৈগী পাফল থবাক্লা চেৎনা কোনলম্মী।
মাগী অরোইবা মিৎকুপ্তা
নাকোংদা শোম্থাংননা হায়রম্মী —
হয়েং অমুক হৌগদৌবনী খোঙচৎ অসি
থুংলরিবা মফম অসিদগী
নদোম চৎখিনু লম্মাক্লগনী
পূন্না চৎমিন্নৌ।

পিরাং মবুক কংলবী ইম্ফাল তুরেলনা
লৈরাইদা ফূরদুনা খাঙই
মচাশিংগী চিতাগী অথাবা মৈখূরক্তা ফল্লিবী
ঈমাবু থেমজিনলি কপ্পা কপ্পা।

হাপোইনরবা ৱাখলনা লাইচুরবা
লৈহৌরিবা মচাশিংগী মিৎকী মাংদা
শোরো-শোরো লাক্কুনা চিংথোকপিখি ইমাবু
হকচাং কয়াৎ মথং মথং ককথৎলগা
পুম্ব্রগে হায়দুনা মীরমদমদা কাংলূপ খরনা —
মৈহৌরোনদগী পুন্না লৈমিন্নবক্লবা ইতিহাসকী মচানুপী
লমদম অসিগী সংস্কৃতি
মফি মুনলি মখোয়না
অহাংবা হকচাং য়েংলগা
হৌনা নোকপা মীনোক
খোঙ্খাং য়ৈরকই চীংলোন মাপলদা।

## পূং কুনমরি

মতমবু পূং কুনমরিনা ফাজিনদুনা থমখ্রে
ৱারী শান্ননীংলবদী করিগুম্বা লৈতানা
পূং কুনমরিগী ৱাংমদা লৈবা মতমদুদা নহাক লাকউ
ঐহাক লৈরমগে নঙবু ঙাইদুনা
হৌখ্রবা মতমবু হৌজিক ওহোক্লগা
ইহান হান্না উন্নখিবা মিকুপ অদুদগী অমুক হৌদুনা।

## নুমিৎনা চীংয়া থাংবা কান

ৱাপল মরক্তা
অথাপ্পা চীংদোল মরুমদা নুমিৎনা হাইথখিবদু তোকখ্রে
হৌজিক্তি বিল্দিং অৱাংবা মরুমদা নুমিৎ তাবে
উচেক ৱায়াশিংনা মমশিনলক্লে হায়দুনা
পরেং পরেং হৌনরগা পাইরকপদো
হৱাগাড়ি লোইনা ওম্থোকখ্রে।
ঙরাং ওইখ্রে নহান ওনখ্রে
মাগী মনাক্তা তৎনা থানদনা লৈরম্বা মীসু।
ঈশিং গিলাস অমা থকচিনলগা
পাউ তমগদৌবতা ঙাইরে ইশানা ইশাদা
থনুং য়ৌখিনবা ঐনা খঙদ্রবা ৱাবী
চীংবু দলানশিংনা খনগ্রবা
নুমিৎ তারমদাই অসিদা।

## নখোয়দী তূমখ্রে, ঐখোয়বু হৌদোকপিরম্নগা

লাকখিবনী ইশাগী লমদমবু ইশাগী ফিগাওদা
হাপ্পিয়ু হায়দুনা থম্মোই শোকপা তেংথাখোলগা লোয়ননা
নুপী-অঙাং, অহল-নহা, ইমা-ইবেল লীশিং লীশিং
নিত্যাইবাদ চুথেক্তা, শঞ্জেনথোংদা, খ্বাইরম্বন্দ স্না-কৈথেলদা
খ্বাই-য়াইস্কুল-শগোলবন্দ-শীংজমৈ-ক্বাকৈথেল
অমদি মায়কৈ খুদীংবু অৱা-খোঞ্জেলতনা নীলহন্দুনা
মুনবীখ্রনী মিপাইরদুনা মশাগী লমদম
মরমদমবু লৌতূনবা-চেগী ৱাহম্থোক অমনা।

অদুবু পীরকখি অহকপা য়াথং অরাপ্পা স্না-কোনুংদগী
চাউখৎ খোঙথাং থাংদ্রিবা, লৌশিং-পাঙ্গল ৱাৎলিবা
মশাগী সংস্কৃতি-ইতিহাস লৈজদ্রবা ফুরুপনী খনদুনা
রাজনীতিগী অনৈবা ঈচেল উবা ঙম্বা
মিৎ পানদে হায়বা ৱারেপ লেপ্লদুনা।

খূদক্তা ওম্থোকখি ইম্ফাল শহর
তিয়েনআনমেন স্কোয়ার অমা—
তিয়ার গ্যাসকী মৈখূনা অতিয়া কুপশিন্দুনা
নোংমৈ মরুগী খোঞ্জেলনা মালেম নীকহনলদুনা
পিরাং কংজরক্লবী, মরাইবক থীরবী, ফনেক খোংদাই শেৎলবী
মণিপুর ইমাগী তম্পাক্তা হুনজিনলম্মী
থৱাই য়াওদ্রবা মচাশিংগী অশিবা হকচাং।

লমদমসিদা পোকপা
লমদমসিদা চাওবা
লমদমসিগীদমক শিরবা
মখোয়গী কনশিনলবা হকচাংশিং লৈখিবনী
মরমদম অসিদা পোৎলোইফম ফংদনা
স্না-কোনুংগী য়াথং ঙাইরদুনা।

করিবু হায়না তন্নিগবা তুংলমচৎসিদা
মীরাইবীরবা অধিকার মাঙলবা জাতি অসিগী মরায়বক্তা
অদুবু উহৌবা তাহৌবা খঙহৌবশিংদা নত্তনা
লাক্কদৌরিবা তুংগী চারোল শুরোলশিংগী
থম্মোই লকা ফাওনা চাক্তুনা অসুম লৈহৌরগনী
কেক্রু পাৎকী মৈরীশিংদু ইতিহাসনা মুৎত্রিফাওবা।

হে লমজিংবশা —
লৈকোল পূম্বগী শীঙেল লৈরাং থিদুনা
নুংশিবা ধূপকী মনমনা মালেম শীনবা থুংহন্দুনা
কেগাম লীশিং লীশিংগী নীক-নীক লাওবা মৈরী কৎলবসু
ৱাৎতুনতা লৈহৌরগনীদো নখোয়গী তৌবীমলগী মাঙদা
ঐখোয় ময়ামগী হৈকৎ-লৈকৎ পূম্নমক
চৎখ্রেদো নখোয়দী শিংবা ঙম্লরোইদবা
লমন তোনশিনলল্লগা।
নখোয়দী তূমখ্রে, ঐখোয়বু হৌদোকপিরল্লগা।

## বৈশালিগী জগোইশাবী

অমুনবা হৈনৌতনা কৃক কৃক ইন্ননা পানলবা
খোয়থুম্নরবা হৈনৌশিংগী মখোক্তগী চেন্থরকপা
মখোমদা নপশিনলুরবা হয়িংখোইনা
নাম্থোক্লবা ঙুং ঙুং ঙংদুনা হোৎনরকপা হৈনৌ বন।
কুমওন ঋতু লাকপদা
য়েন্নীংথাদা অহানবা য়েন্নীং তম্বা
হৈনৌ পাম্বীগী শংলৈনবা মশাদা
ময়োল চোংবা খ্বাইদগী অথোৎপা
মনা অদু ওইনা মাবু মিংলেন তম্লে তাইবংনা।
ঈমায় চাংজৌ পাববী গঙ্গা কৌবী তুরেলনা
মযায় খায়দুনা চেনলিবা
তোর্ব্বান অমদা মগধশিংগী লম
সোম থংবা তোর্ব্বান্দা অশংবা হৈকোল লৈকোলতনা
ফজববু থাবগী পেনবা নাইদ্রবা লমদম অমা।
বৈশালি কৌবা লমদমগী কৃক কৃক ইন্নববা
হৈনৌ পাম্বীশিংগী কুঞ্জদা কোয়না চেন-চোংদুনা
শান্নজদুনা পুন্সি বসন্ত মপূং ফারকখি।
হৈনৌ মপান পামজবা খোইমুশিংগী
নুংশিরবা ইশৈ সুরদা
থেক্লা নৌনা শুমহৎনা জগোই শাবী
স্বগগী লাইরেম্বীনা তাইবংদা মঙফাওনবীনী
অসুম্না হায়নৈ খুঞ্জাশিংনা
খূনগী অহল লম্মনশিংনা থাগৎলি
মাগী লৌশিং অমদি থৌনা অতাওবীনী হায়না।
খূনগী খূল্লাকপনা হায়-
"মাদি বৈশালি হায়বা লমদমগী ইজ্জৎনী"
লেংমান্নবীশিংনা খ্বাইদগী লেমজবী
অথোৎপা অমেংবী মীথোই মীহেনবী
শুমহৎয়াই পুবী শকহেনবী মতারোইনী

খন্না মতূং ইনজৈ
য়েংবগী পেনবা নাইদে
পাটলিপুত্রগী মন্দির য়ুম্বীদা
উরি-ৱারি কোকথোংনদুনা লৈবী শৈলভঞ্জিকাদগী
হেন্না নীংথিজৈ অদুগা
অমুবা নূংদা শাবা মুর্ত্তিকার কনানা
মালেমগী নুপী হায়বসিনা
ফজবসি অসুক্কি মতিক ফজৈ খন্দুনা
অহিং অমগী মথং অহিং কয়া
পূর্নিমা কয়াগী থাবল ঈপোমদা
আমাবস্যাগী শুক্লা মন্নবা অহিং কয়াদা
মিৎশেল খাওদুনা নূং মনূংদা থৱায হাপ্পা হকখিবা চামোর পাইবী
যক্ষিনী অদুগা পাংখক্কী হায়নৈ মাবু।
অথাপ্পা রাজসভাদগী লাকপা
কনাগুম্বা কবি অমনা মঙোন্দা
য়াম্না হায়জ নোঞ্জদুনা
কহাপন পীরগা চঙলুবদগী থোরক্লগা
থোঙজীন ময়াদা লেপ্লুনা হায়রম্মী
"হে হৈনৌ কুঞ্জগী লাইরেম্বী
হৈনৌ পাম্বী মশাদা হুনবা
অহানবা য়েন্নীং – আম্রপলী !
অমুনবা হৈনৌগী ঙাংলৈনবী খজাইনী
চোইজাইনবী শন্নাংনা বসন্তগী হৈনৌ মপাল মনমনী
অরূম্বা হকচাং পুদুনা ঈথক ঈপোম হৌনা
নঙনা তপ্পা থাংলকপা অঙাংবা খোঙয়াবু
অমুক্তং য়েংজগে ঙাইজৈদো অকেনবা হৈনৌ মনাশিংনা
নঙনা থেকপা শাথেকতা
অকনবা নুংশিৎ শীৎলকপদা হৈনৌ পাম্বীশিংদা পানবা
মুনগদৌরবা হৈনৌশিংনা
কেনখিনী মিপাইজনা নোম্না নোম্না খাঙগুমই
নঙগী খোঙজিগী মখোলনা থেঙলবা অহিংফাওবা

বৈশালিগী পাখংশিং তূমহনদে
নাট্যশাস্ত্রগী মুদ্রাশিং মখল শুনা য়াওরবী নঙগী জগোই
খূৎথেক্লা অতিয়াদা নোংথাং কুপহনলি
শৃঙ্গার রস হুমফুমরীনা
নঙগী থোৎলবী হকচাংগী অমোনবা তুখোঙশিংদা
ইফূৎ ফাওবগুম ফাওগৎলি।"

মাইকৈ মরি শুংদাই নিপান লান্না
লৈনম শন্দোকই সভা-নত্তকীগী মগুন
বৈশালিগী হৈনৌ পান্বী মখোঙদা
তাইবং হংঙা মিকপ থোকখিবী
হৈনৌ উমং পান্নবা উদ্যান-পালকক্কী
অমত্তা ঙায়জরবী তোমথিন শাৎপী মচাইবেম্মা।
তাইবং মপূনা শেম্বদা শম্লা মফৈ অমা শোয়দ্রবী
মিৎয়েং অথৌবনা মাগী হকচাং কায়াৎপু লীশিংলক থোক্লা
অমমমতা খাইদোক্লবসু
অশোয়বা হায়বা ব্রাহৈগী চঙজফম অমত্তা লৈখিদে।
বুদ্ধি-লৌশিং চঙখোনবী
কলা সংস্কৃতিদা যুম্ফম ওইদুনা শারেপ ফারকপি
তুম্না তাবী খূদোম্বীনা বীনাগী তার খৎতুনা
মপাল নাইদ্রবা রাগশিংনা য়োম্লবা
পূক্লীং শুমহৎপা সুরবু থম্মোই থনূং য়ৌনা খোংলকপদা
মতম কুইনা ময়ুম থাদোক্লবা লংফৈ চৎপা কনানা
মাগী থাপ্না লৈহৌরবী চান্নবীবু
হন্না হন্না নীংশিংদুনা
অয়াকপা নুংশা কাউথোক্লগা
অচৌবা উজাও পাম্বী মখাদা
অব্রাবা কয়া কাউথোক্লা পোত্থাজৈ
উমংগী লাইরেম্বী সুরগী মবেম্মা
অসুক্কী মতিক থুমই আম্রপলীনা খোংলকপা বীনা অদো।
অদুবু সভানর্ত্তকীগী মিংথোলনা লৈতেংলবী

আত্রপলীদী কুইরে পূক্লীংদা মতোমতনা
মতোমতদা ব্রাহং কয়া হংজরকপা।
পুন্সি হায়বসিনা করিনো ?
ঐ কদাইদগী লাকপনো ?
কদাই তান্না চৎকদৌরিবনো ?
চৎকদৌরিবা লম্বেল অদুনা কদাইদনো ?
কনাদা হংলগা খঙগনী ঐগী পম্বুংফম ?
মীয়ামগী খোইরাঙলবা মিৎয়েং মরক্তা
মথুম-মরাং হৌরবা মতিন য়োৎলবা পূক্লীং ময়াম
সনাগী কহাপন শেলগী অচোইবা মুদ্রাশিংনা
মাগী জগোই খূৎথেকশিংদা
লৈমায়দা চাইখাইবকপা ইনাকখুনবা মচাশিংগী
য়াক্লবা চরাম্লরবা অমদি করেম্লবা মীনোকশিং
অথাপ্পগী নিংথৌ মচাশিংনা সনাশঙ্গাইদগী হোন্দোরকপা
মনি মুক্তা, হীরা হৎলবা লিক খুজি নাইননা
ঐ মঙাইরে য়েংঙু মতাগুম সভা ময়াইদা লংশিনলকপা
সোমরস থক্লুবগী নেশাগী ময়াইনা থূমহৎলবা
তুরোই ঙমলোই হৌগৎতুনা ঈশৈগী সুর
থুগাইদুনা ইশৈ শকচিনলকপা অঙম অথৌ ময়াম
নুমিৎ খূদীংগী উরি আত্রপলীনা
তৎতনা হংজৈ চোকথরবা মশাদা
জগোই লোইববা নুমিদাং খূদীং
অসিরনে পুন্সি হায়বসিবু ?
তপ্না তপ্না লৌথোকচৈ
মনি-মুক্তা হৎলবা সনাগী লিকফাং
সনাগী নাইন, হীরা-পান্না হৎলবী খুজি পোপচাউবী
খ্বাঙগী লৈতেং ময়াম সনাগী নুপুর পাম্বোম ফাবী থবাকয়েৎ কঞ্চুকী
মিংশেল মমাংদা লেপই
মতোমতা য়েংজৈ অমুক্তং মুন্না
মকোক লীশিং পানবা লিনগী
হা হা তম্বা মরৈশিংনা

লেকথোকখ্রবদৌনা তৌই হকচাংগী কায়াৎশিং
অচৌবা অমুনবা হৈনৌদৌনা চেৎখাইরক্কদৌরে
থম্মোইবু ফাজিনলিবা থবাক্কী পোলাং
কামুক ওইরবা মখোয়গী ব্রাখলগী শান্নফম
লম্পাক ওইদুনা ঐগী হকচাংনা
কয়াম কুইনা খাঙখিনী ?
ব্রাহংগী লানদা লুপই
থাজ মাবু লৈচীলনা নমদুনা খনজিনখিবা অহিংদা
লম্বী চৎপা কনানা অসুকপা হৈনৌ বন ফাওদুনা চৎপদৌনা
মমই পুন্সি অসুম খনজিনলুবদা।
শাংলবা অহিংনা নোংঙানখিবা খঙহৌদে
হৈনৌকুঞ্জগী অকৃংবা উনা-উশাশিং ফাওদুনা
নুমিৎনা মাগী শগোল তরেৎকী ঙাংলৈনবা
মঙাল লংনা থৌজিনলকই
মচীন ঙাংলবা তেনব্রা ময়াম্না
অশংবা উনারক্তা মশাগী অশংবা লোৎশিন্দুনা
কিনা কিনা হৌদোকচৈ মতারোইবু
অয়ুক অঙনবদা মাগী লৈবোং হকপা
অচৌবা উগী থোংনাও তমনা খোঞ্জেল থারদুনা।
"হৌরো হৌরো ইতা
আম্রপলী শকহেনবী
নুমিৎকুম্না লংলবী মায়থোংদো
নুমিৎনা য়েংগে মহায়রে
ইতা আম্রপল-লী
ই তা আ আম্র -পল-লী নঙবুনে
নঙগী ফজবা য়ুম্বী মখোঙশিংদা
নুমিৎ মঙালনা শোক্তুনা শান্নররে।"
অদুবু করম্না হায়গনী মখোয়দা
করি হায়না খুমগনী খনফম খঙদে
পিথ্রাইগী মরোং মরোং লোঙবা
থাওমৈ মখোঙ অচৌবদা য়েংই

কেগামশিংদু থাউ লোইরক্লদুনা
অহিংচুপ্পা থানলকপগী দোশিশিংনা ফমথরকপা উই
মুৎপা খর মুৎকদৌরবা খর ঙানলিবা খর
থোঙনাও হাংদোকই
করি হায়গনী করিসু খঙদ্রবা তেনবাশিংদা ?
অয়ুক্কী অঙ্গংবা নুংশিৎতা য়ানবা
নুংশাগী লুম্বু লুম্বু শাবা মঙালদা
মিৎশেল খাঙলুরবা অহিংগী বারীদী করম্না লীগনী ?
অদুবু তবারবী চীনবান্না
মুরুম মুরুম শোন্দোকখি
ঐগী অঙাংবা মিৎ অসে য়েংউ
ঐনা অহিং তূমদবগী শাক্তি হায়বদু মানা ওইবি
খঙদে ঐ য়াম্না কপ্লীংই
অদুবু করিমত্তা খাক্তনা
কপথোকপগী পাঙ্গল লৈত্রিবসিনা করিগীনো ?
কপ্পসিবু থৌনা অমা চঙব্রা ?
মায়থোং হায়বসিসু অঙকপনী
মায়থোং অমখক্তদা
কপ্পগীসু হৌরকফম নোকপগীসু হৌরকফম ওইবা
শকফম হঞ্জিনদুনা অবাবসু বাদবা শাদুনা।
তাইবং মিকপ থোক্লকপা
হৎঙা খোঞ্জেলনা কপ্লকপদা
পলেম মাদী তূমখূন তানব্রে
পলেম মহাকতং লৈরম্লবসু
লৌথুপ লৌকোই য়াওদনা পূক্লীং তেংনা
থম্মোইগী অবাবা ফোঙদোকচবা ফংলমগনী।
পঙ্খৌ মাদী হৈনৌ কুঞ্জগী উদ্যান পালকনী
লৈপাক্কি য়েংনা অঙম অথৌ শকখঙনা
মথৌ পাঙথোকপনা মশীঞ্জাং ওইরি
মচা নীংঙোলগী অবাবদী
পলেম ওইবী মাতনা খঙগদৌবনী।

সভানর্ত্তকীগী পুন্সিদী অচৌবা অভিশাপনী
কনাসু লাক্লোই অশেংবা থম্মোই পাউদম পুদুনা
মিৎ হরাওনবা য়া হরাওনবা হকচাং হরাওনবা
অহিং অমা লেনলগা
নুংঙাইবা মঙলান মঙলুবগুম
কাউথোকখিগদৌবা ঙাক্তনী।
লাক্লরোই ঐগী পুন্সিদা
অফবা পুংফমদা বর যাত্রা তৌরদুনা
লৈতনা পুময়োম য়োম্লবা
মচুম তানা নান্না লৈতেংলবা
শগোলশিংনা চিংবা দোলাই থৌরদুনা
বৈশালি নগর স্নালমজাওদা
মনিমুক্তা হৎপা কোকয়েৎ উপ্লা
বর অমত্তসু ঐগী লৈফম পাংলক্লরোই।
ইকাইথিবী পোমশাৎনবী লৈরাংগুম
বস্ত্রনা য়োমবা অলঙ্কার শিদুনা
নিংথৌমচানুপীগুম ফিজোল লৈতেংলগা
ঐবু লৌবা লাক্লগনী হায়না ঙাইজবদো
ঐগী পুন্সিদদী ওইথোক্লরোই
মরমদী ঐ জগোই শাবীনী
পাউথোক্লবী সভানর্ত্তকী অমা।
পিথ্রাইগী মখূৎ লোংবা কেগামশিংগী
মঙাল মরক্তা শাৎপী অহিংগী লৈরাং
থাউ লোইশিনলকপদা কাউথোকখ্রগদৌবা
খোঙজিগী মখোলগুম্না।
পুন্সি অসে ক্বাক ময়াম্না হন হন্দুনা
চারবা অমুনবা হৈনৌদৌনা
মখোক্তগী কেনলগা লৈখোম লৈনাং মরক্তা
পৎতুনা পূমদুনা অদুম্মক লোইখ্রগনী।
ঐদী সভানর্ত্তকীনী
ঐগী দেহে অসিনা মন্থরকপা নুমিৎতা

ঐগী মমলসু হন্থখ্রগনী।
খোইমুমুক মুরবা, মনম নুংশিবা
মখল মথেলগী থাউ তৈদুনা থন্বা
থোংনা ইপোম হৌরবা
মতম খূদীংমক্তা লৈরাংনা তাংজফম থিবা
নীংদু য়ৈনা ফজবা অশাংবা শল্লাং
নাকেন্থাগী উপালগুম চরা চরারক্লগনী
ব্রাকচীংগী অয়ুক্কী লম্পাক্তা তাবা উনলেনদৌনা
পোক অঙৌবনা পূমকুপ কুপ্লখিগনী
শমখোঙদা কুরোল হুবগী
নমথীবা মনম্না শীনবা থুংলরগনী।
অহৈবা লাইয়েকপনা য়েকপা মানবা
কোয়দানরবা পীশুম অনীমক
অতেকপা লীরুং ওনখ্রগনী।
শজি মিংতাবু ঙমজৈ হায়নবা
শংবান্ননা লংলবা মিংনহা অনীদা
অরংবা মঙাল অমুক লৈররোই
মিংপান্দা অমুবা কাজলগী মহুৎ
মিংশাং মপংশিংনা শিনখিগনী।
নাশিকা হাপ্লবসু ঐগী
তুমনা ফজবী নাতোন অসি খোয়রক্লগনী।
মুক্তা পরেংগা পাংখক্লী হায়নবা
ঐগী ঙৌরোক ঙৌবা চাং মান্নরবা য়াগী পরেং
নোংম নোংমগী লনথোরক্তুনা
তীনগী চিঞ্জাক ওইনদুনা তেক্লরগনী।
হৈনৌকুঞ্জদা অমুনবা হৈনৌবু শৈথাবা
কোকিলগী খোইথুম্লবা খোঞ্জেলদগী
হেন্না নুংশিনা তাবদা ঙাওহনবা ঙমই হায়নবা
ঐগী খৌনাউদগী থোরকপা খোঞ্জেল
লোক চেনলরগনী মহাও য়াওরক্লরোই।
মনি মুক্তা চয়োম শানা হৎলবা

লিক্লু লিকফাং পরেংনা ঙানজনফম ওইজবা
ঐগী ব্রাংলবা থবাক্তা অকনবা শদোংশিংনা
ঙাকখৎতুনা থম্বা ঙমদ্রবগুম মীনম্লক্লগনী।
মতোঙ য়াওদ্রবা উনশাতনা কুপ্লবা নীংদু
মথিবোং য়াওদনা খুইরবা ময়ি চৎলবা মযাং কংলবা
খোঙ অনীসিদা মৃদঙ্গগী তাল চান্নরক্ত্রবা
অকাইবা খোঙনীংদা লুপাগী নুপুবশিংনা
হন্না হন্না য়েশিনলক্লবা চৈনা পীদুনা
পাঙ্গল য়াওরক্ত্রবা ঐনা করম্না জগোই অমুক শাকখিগনী ?
খনদা খর্নজিনলুবদা তুজুংদবা ঙমদে
ঐ করম হাযনা খাঙবা ঙমগনী
মীগী মরাই চাইথরকপা মতম
লাই লাৎপীদ্রবা, তেক-কায়রবা, মন্তববা
হকচাং কৌবা লাইশঙ অদুগী অবোইবা তাঙ্ককতো ?

নোংমা
আম্রকুঞ্জগী অচৌবা হৈনৌ অমগী মখোঙদা
শিষ্য ময়াম পূনশিন্দুনা জগোই তন্বীবিঙে
চান্নথোইবী মনাইনুপী কনকদাসি চঙখোনবী
নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না চেনলকই
অয়ুক অঙনবদা কদাইদা চৎলুবনো খঙদে
অদুবু মাগী মায়থোংদা হরাওবগী মমি তাই
মাগী নিংদোন্দা নুংঙাইবগী ইপোম হৌই।
"করি তৌরে কনক !"
জগোই খুৎথেক লেপ্লগা হংলকই আম্রপলীনা।
"ভগবান তথাগত পাটলিপুত্র য়ৌবক্লে
কোটিগ্রামদা অচৌবা মহাসভা ফমদুনা
ধম্মগী পাউতাক, জ্ঞান-দর্শন পীদুনা
সংঘদা চঙনীংবশিংদা দীক্ষা পীরি ইবেম্মা।"

"নিংথৌ অজাতশত্রুদী ?
মপাইবুংঙো নিংথৌ বিম্বীসারবু
কৈশুমশঙদা থমদুনা হাৎপা ঙম্বা
তমথীবা হিংসানা লান-ফিজোল ওইবা
হাৎপদা হালেংদ্রবা অজাতশত্রু মানা
করম্না ভগবান তথাগতবু চঙহনলিবা লৈপাক অসিদা ?"
"খঙদে ইবেম্মা
নিংথৌনা মাবু তরাম্না ওকখ্রে হায়
লম লমদা ধর্ম্মসভা ফম্লনবা প্রজাশিংদা
মহাক্না য়াথং পীবে হায়না তাই।"
ৱাহৈ অদু তাবদা
হৈনৌ মখোঙদা থারিবা ফক্কি আসনদা
তপ্না ফমথৈ আম্রপলী
ভগবান তথাগতপু পূক্নীংনা খূকমজৈ।
অদুদগী মথং মথং নীংশিংলকই –
পুক্নিগী অহানবা বসন্ত অয়ুক্তা
মানা মথোৎ কারকপা মপূং ফাবকপা
লেঙলক্লম্বনী মহারাজ বিম্বীসার
আম্রপলীগী যৌবনগী লৈখোঙদা
ম্না-কোনুং লৈকোলদা
থারুনবা পুরগে হন্না হন্না হায়জদুনা
অদুবু য়াখিদে আম্রপলীনা কোক নোন্না লৈথোক্নুনা।
উখি সোমবসনা ময়াই কারবা
তৌফম খঙদ্রবা উপাই লৈত্রবা নিংথৌ বিম্বীসারবু
বৈশালিগী অহিংগী মৈঙালনা লৈতেংবা কা অমদা
হৌজ হৌজ কয়ারক থেমখিবা
অৱাৎপা লৈত্রবা নিংথৌগী লূম্লবা খোঞ্জেলনা
ফক্লাংদা থেৎলিবা অচৌবা শকয়েং মিংশেলনা
মথন্তা চেৎখাইরকপগুম কায়খি থম্মোই মচেৎ মচেৎ।
হন্না হন্না লাক্লম্মী
অকিব ফংনা মমিৎ খাক্লবা

লৌবুক ময়াইদা বজ্র তারবা অহিংগী নোং মরক্তসু
শগোল তরানিথোইনা চিংবা রথ থৌহন্দুনা সারথীবু
পুরক্লম্মী নিংথৌ মশাগী অয়েকপা চিত্রপট অমা
নহাক্লা য়াদ্রবসু ঐদী নওগী ননাক্তা লৈগে" হায়দুনা।

বিম্বীসার নিংথৌগী সনায়োম্বা রথনা
সভানর্ত্তকীগী থোঙ্গান্দা খামলখিদবা কুইরে
আম্রপলীগী মিৎতা নিংথৌ মাবু উখিদবা
কুমজা খরগী মতুং
মজাইবুংঙো যুবরাজ অজাতশক্রনা নিংথৌ মাবু ফারগা
কৈশুমশঙদা চাক চখোম অমত্তা পীজদনা
কংহন্দুনা হাৎখ্রে হায়বা পাউ তাবদা
কপখি খঙহৌদনা পেলহৌদ্রবগুম
লানখিবগুম নুংশিবা পীথোকপা ঙমখিদবা থম্মোইনা।
পামখিদে স্লাকোনুংগী লৈমরেনবী
ময়ামগী মরক্তগী অমা ওইবা
নোংমা নীনীখক ঐগী ওইরম্লগা মাঙখ্রগদৌবা
নুংশিবদী ইতোমতগীনী অনীগী ওইবা য়ারোই
নিংথৌ লীচৎ মুন্না খঙই অপাম্বা মশীং নাইদবনী
আম্রপলী ওইদুনা মীখা পোন্দনা হিংজনীংই
পামজদে স্লাকোনুংগী সনা য়োম্লবা
য়ুম্বী কোন্দুনা ইদোম কপতুনা লেনবা
থাবুম কয়া পালি তাবা নুমিৎ মশীং থীদুনা
ফিজেৎ লৈতেং য়োমশীনলগা
শকয়েং মিংশেল মমাংদা মানা থাংলকপা
খোঙথাং মখোল ঙাইদুনা লেনবা।

কুমজা খর হৌখ্রে –
বিম্বীসার নিংথৌবু অশিবগী খায়াৎতা
নুংশি হৈতনা তমথীনা লংশিনখ্রবা মতুং
রাজচক্রবর্ত্তী ওইরবা মজাইবুংঙো অজাতশক্র

কনবদা মপা লৈত্রবা, য়েক্লবনা খুরুম্বা
হাৎপদা অকি তুজুং ফাওদ্রবা মহাক অদো
লাকখি আম্রকুঞ্জদা তৌবা
বৈশালিগী বসন্ত উৎসব অমদা।
মতম অদো হৈনৌ মপালগী নুংশিবা মনমনা
আম্রকুঞ্জ শীনবা থুংনা চাইখাইরকপা মতমনী।
অয়ুক অঙনবদগী হৌনা বৈশালি পৃম্বা
নুংঙাইবগী ঈথক ঈপোমদা তাওদুনা
লমজাও শোরোক লমহাং মীনা কৃক কৃক ইন্নে।
লৈকাই লৈকাইদগী থোবকপা পাখং লৈশাবীশিংনা
মানা মানা লৈজবা ফিজোল অনানবা শেৎলদুনা
আম্রকুঞ্জ মায়কৈ পাংনরকই।
নুপীশিংগী ফিজোলদা যাওবা মচু
নুপাশিংগী কোকযেৎতা যাওবা
অশংবা, নাপু, অঙাংবা, অতিয়া মচু
সনা মচু, লুপা মচু, কোরি মচু
মচু মখল ময়ামনা
মখোয়না শিরকপা লৈ পবেং মনমগা লোয়ননা
অশংবা মনা পৃংলবা হৈনৌ পাম্বী মবক্তা
লৈ মখল মথেল শাৎপা
লৈকোল অমগুম উহনলরে।
মৈখু ৱাংনা কারবা লৈরঙ পরেংশিংদা
থাঙ্গৎপদা ৱারবা অচৌবা খাংজাওশিংদা
মমিং চৎলবা পকৱানশিংনা হৌবা
অথুম অহাওশিংদগী থোক্লকপা
অশেংবা ঘী-থাউ মনমনা
থৈনফম লৈতনা ইন্নরবা মীয়ামলক্তা
ফাওজিনলক্লুনা তিন য়োৎহনলরি।
মচি খৃদীংমক্তা অচৌবা হৈনৌ পাম্বী মখোঙদা
ঈশৈ হৈবা, যন্ত্র খোংবা, পৃং য়ৈবা, জগোই শাবা শাবী
ময়াম্না শক্তি খোংলি থীনলি

মীয়ামগী অপেনবা খোল্লাও মরক্তা।
বৈশালিগী বসন্তউৎসব
হৃমনি চনবা নুমিৎকী সন্ধ্যা
সভানর্ত্তকী আম্রপলীগী জগোই য়েংবা লাকপা
মীশীংনা খূরক হাংদবমখৈ তিনলরে।
অঙম অথৌ ফম্নাইবদগী হৌদুনা
অরাপ অরাপ্পা লমদগী লাকপা
কলাকার, বিদ্বান, পণ্ডিতশিংনা
হৈনৌ পান্থী অচৌবা অনীগী কারক্তা
লৈরং তাখৎতুনা ব্রাংনা থোনগৎতুনা শারিবা
মখল মথেলগী লৈ পরেং অশাংবশিংনা
ময়েক থোক্না লৈতেংলবা রংগমঞ্চকী
নাকল অহূমদা ফমদুনা ঙাইদনা লৈখ্রে।
মখোঙ শাংনা ব্রাংনা য়ুংবা মৈরা ময়ামগী মরক্তা
অরংবা সনামচুগী ফিজোল লৈতেংদুনা
অতপ্পা খোঙথাংদা তপ্না তপ্না থোরকই
স্বর্গগী অপ্সরামুক নীংথিরবী আম্রপলী।
অহানবদা মগুন লৈরবা সভাবৃন্দবু খুরুমজৈ
মথংদা ঈশৈ শকপা, যন্ত্র খোংবা, মৃদঙ্গ য়ৈবা
ময়ামদু খুরুমজরগা অমুক ময়ায়দা লেপ্লে
তঙাংলবী তবারবী চীনবান্দা
ভরত মুনিগী নাট্যশাস্ত্রদগী সংস্কৃত শ্লোক অমা
পূক্নীং লৈতানা থীরগা জগোই শাবা হৌরকই।
মৈরাশীংগী অরংবা মৈঙালদা
অরংবা ফিজোল থোনবী অরংবা সনানা লৈতেংবী
আম্রপলীগী জগোই মৈরীক থোকপগুম তৌরকই।
ফজরবী খূৎথেকশিংনা শাবা মপূং ফারবা মুদ্রাশিং
মথং মথং রস মাপল শুনা তৌরকপা অভিনয়
সাক্ষাৎ অভিনয়দর্পণদগী চোংথোরকপা লাইরেম্বীদুমঙাই।
ঈশৈগী খোইথূম্লবা অব্রাংবা খোঞ্জেললক্তা
যন্ত্রশিংগী থম্মোই হূরবা খূৎখোংলক্তা

পুংগী মরূ মনাউ তাম্বালক্তা শারকপা
জগোই অদু য়েংলগা মরক মরক্তা লাউরকপা
হায়ফম খঙদনা পেনবগী খোল্লাওনা
আম্রকুঞ্জ থক্ থক্ নীকহনলরে।
অদুগুম্লবা নুংঙাইরবা উৎসবকী অহিংদা
ঈমায় চোনলবা গঙ্গা লান্দুনা
অচম্বা কোকয়েৎ অচম্বা ফৈজোম-ফুরিৎ
অচম্বা ফি ইনলদুনা লাকই কনাগুম্বা অমা
কৃক কৃক ইন্নরবা মীয়াম মরক্তা
মিৎতমক ফাৎতোক্তুনা হকচাং পূম্বা খুমজিনলগা
অমুবা ফি মরক্তগী অমুবা মিৎ নহা অনীনা
আম্রপলীগী শুমহৎয়াই পুরবী জগোই য়েংলি।
কনাসু নত্তে
মহাক পাটলিপুত্র কোনুং লোন্না থাদোক্লম্লগা
বৈশালিগী বসন্তউৎসব অহিংদা
অরোনবা শকলোন পুদুনা
আম্রপলীগী জগোই য়েংবা লাকখিবা
অজাতশত্রু মহাকনী।

উৎসব লোইখ্রবা মতূং নোংমা
মৈত্রেয় মশামক লেঙলক্লম্মী পাউ পুবদুনা
মগধগী মপু অজাতশত্রু খোঙদোই হুনলক্কনী হায়দুনা
সভানর্ত্তকীগী শঙ্গাইদা।
অচৌবা রথনা থোঙ্গালদা খাল্লখিবা নুমিৎ অদুদা
মরূ লূক্না ওকখি মনাই নুপী ময়ামগা লোইননা
পায়মা খোইশীংলবী আম্রপলীনা নিংথৌ অজাতশত্রুবু।
হৌনবী মতূংইন সেবা চঙখোন্না তৌই
অপাকপা শেঙ্গাদা অমুনবা হৈ-রা থেনলদুনা
নিংথৌগী হকচাংদা মনম নুংশিবা লৈদগী লৌবা
মহীবু চন্দনগা লোয়ননা চাইরদুনা

অচৌবা লৈ পরেংনা ঙকশমগী লৈতেং ওইরদুনা।
মনাইনুপীশিংবু চৎখিনবা ইঙ্গিৎ পীরকপদা
আম্রপলী থম্মোই লৈতাবা ঙমদে
থোক্লরগদ্রা থৌদোক অদু অমুক
উনবী লকানুংদা চিংনদবা ঙমলক্তে।
অচৌবা কাগী অচিকপা থুগাইরদুনা
হায়রকই অজাতশত্রুনা ঙাক্লিবা মোনদা ঙাথরপ তৌনা
ফল্লিবা মওং থুগাইরদুনা —
"হে ফজরবী আম্রপলী !
পাম্বোম অকনবা লিংজেল খারবা অজাতশত্রুনা
ঙসি ফাওবা কনামত্তগী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা নিরক্ত্রি
ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদা
নঙগী থোঙজীন তান্না লাক্লুনা লেপ্লরে
নঙগী নুংশিববু ইখৌ লাংলবা থম্মোই পুদুনা
হায়য়ু ভিক্ষা অসি হাপ্পা ঙমগদ্রা ?"
আম্রপলীগী থম্মোই মনুংদা
য়ুহার হাবকপদৌনা ফাওখি
খনলম্বা অদুম্মক ওইররে থোক্লরে লাইবকসিদা
তুমিন্না লৈখি মিৎকুপ কয়া ব্রা ঙাঙদনা
ব্রাহ্নে পনখ্রবগুম খৌনাও মনূংদা
করি হায়গনী করম্না লৈথোক্কনী ?
"আম্রপলী !" আজাতশত্রুগী অরুম্বা খোঞ্জেল তাই
"কৈদৌরে ? ঐগী ব্রাহ্মংগী পাউখূম পীদ্রবদী ?"
আসনদগী তপ্না হৌগৎলি
মরীংজেলবু ঈশ্বরদগী নিরদুনা
অমুক্তং মুন্না য়েংই অজাতশত্রুদা
অদুগা চঙশীনখি ফিজঙ মরুমদা।
হায়রকই তনীক্লবা খোঞ্জেলনা
নিংথৌ মাগী মফমদা
ফিজঙ খংহাই হাইদোক্লগা
চহী কয়াগী মমাংদা থমজিনখিবা

বিম্বীসারগী অচৌবা চিত্রপট উৎলদুনা –
"য়েংউ ! হে অকনবা নিংথৌ অজাতশত্রু
লাক্লম্বনী মহাকসু ঐগী কা অসিদা
তমথীনা শুক্লা মল্লবা অহিং কয়া লান্দুনা
ঈথক ঈপোমনা তোর্ব্বান য়েখায়রক্লবা গঙ্গা লান্দুনা
মমিৎ ফাক্লবা নোংথাং কুপ্লবা
বজ্র তাবা নোংজুগী অহিং কয়া
হায়খিবনী ব্রাহে অদুমক স্না চীনবানথোক্লা
খঙব্রা য়েংউ কনানো
অয়েকপা চিত্রপাট অসে মহাক্লা থনম্বা
ঐগী ইনাক্তা মহাক্কি মহৎ শিন্না লৈজহৌনবা হায়দুনা।"
খোঙয়াদগী লৈমায় শৎতোকখ্রবগুম তৌখি অজাতশত্রু
মপাইবুংঙোগী অয়েকপা লাই উবদা
লু-লুকথনা অমুক্তং য়েংলম্লগা আম্রপলীদা
থোকখি থুনা থোঙ্গালগী রথ তম্না
অচৌবা রথকী কাংখ্রোংনা
বৈশালিগী লম্বীদা কন্না উঙলগা তকখায়রদুনা
নৈখাইদুনা থৌখি শাউনিংবগী মতীং হাপ্লদুনা
শগোল শাজৈদা নীংবা কায়বগী, মরাল লৈরবগী
ইকাইবগী অকনবা শাফুনা কন্না থারদুনা।

হৌখ্রবা থৌদোকশিংবু রথকী কাংখ্রোংদগী
থোক্লকপা উফুল মরক্তা নীংশিংলুরগা
হৌখ্রবা মঙলানগুম থম্মোইদা ফাওরিঙে
মনাইনুপী কণকদাসিগী ব্রাহেদা
আম্রপলীগী মিকপ থোকই –
"ইবেম্মা ! মহারাজ অজাতশত্রুনা ভগবান তথাগত
অমদি ভিক্ষুসংঘবু নগরগী থোঙজাওদা ওক্তুনা
বুদ্ধ মহাক্কি মফমদা চঙজখ্রে
হৌজিক্তি মগধ লৈপাক্কি লম লমশিংদা
ধর্ম্মসভা ফম্নবগী য়াথংসু লৈরে।"

ঙাইহাক অমুকসু তুমিন্না লৈ
করিগুম্বা অরুবা ৱাখল অমা খনবগী মমি তাই
মায়থোংদা ৱারেপ লৌরবগুম
হায়রকই অশাংবা নুংশাশ্বর হোন্দোক্লগা —
"কণক ! ঐহাক হয়েংমক চৎলগে"
"কদাইদনো ইবেম্মা ?"
"ভগবান তথাগতকী চরনখাদা খুরুমজবগা
আম্রকুঞ্জদা লেঙবীরকউ হায়দুনা হায়জরুগে।"

ভগবান বুদ্ধবু কোটিগ্রামদা চৎতুনা
আম্রকুঞ্জদা পূন্যতনা থনলবা
খোঙয়াগী উফুল খরদং পীবিবনবা
সংঘগী ভিক্ষুশিংগা লোয়ননা
লেঙবীরক্লবা হাযজকবা মতৃংদা
আম্রপলী দোলাই মচা অমা তোংলদুনা
বৈশালিগী লম্বী পাংলকই।
তথাগতকী নোক্সি নোক্সিবা মায়থোং
সভানর্ত্তকী ওইববসু তবাম্না ওকপিদুনা
মহাক্কি ভিক্ষু শিষ্যশিংনা নুংশিনা
ভগবান মহাক্কি মনাক্তা পুশিনবীখিবা
মযাম অসি নীংশিংদুনা থৱায় নুংঙাইনা
বৈশালিগী লম্বীদা হনলকপদা
লিচ্ছবি নিংথৌমচাশিংগী
রথ অহুম মরি থৌরকপা থেংনৈ।
লম্বী থৎপগী মওংদা
আম্রপলীগী দোলাই পুরিবা
মমাংথংবা দোলাইরেং মনাক্তা
রথ খাম্লদুনা লিচ্ছবি রাজকুমার অমনা
হায়রকই —
"করিনো আম্রপলী ! ঙসিদী থৱায় নুংঙাইনা উইদা
কদোম মাইকৈ পাংলুবনো অয়ুক অসিদা ?"

আম্রপলীনা চীং লেম্না নোকফেৎ তৌদুনা খুমলকই *
"ঐনা নুংঙাইবা উবদা ঙকপিরিবা করিগীনো ?
ঙসি পূক্লীংসি হরাওবগী অখন্নবা মরমসু লৈজে
তথাগত খুরুমজবা কোটিগ্রামদা চৎলুবনী আম্রকুঞ্জদা লেঙবীরকউ হায়দুনা।"
কোটিগ্রাম পনলকপদা লিচ্ছবি মচাশিংদু
শ্বাই লাউই ইঙক ঙকই খৌরাংনা হংলকই —
"নর্ত্তকী নঙগী আম্রকুঞ্জদা লেঙলকউ হায়বা
য়াবু য়াবীরক্লবরা ভগবান তথাগত মশামক্লা ?"
"হয়েংমক শোয়দনা লেঙলক্লগনী।"
আম্রপলীগী ব্বা তাবদা তিঙক মায়ঙক্লা য়েংনৈ
লিচ্ছবি মচাশিং অব্বাবদা তারবগুম
রথকী নাকনদা চঙশিন্দুনা ব্বা তান্নে
হায়রকই থেম্বগী খোম্ত্থোক য়াওনা —
"ঐখোয়সু কোটিগ্রাম পাংলিবনী বার্ত্তন তৌবা
নঙনা ঐখোয়গী ব্বাখলদা অপনবা পীরে
হে আম্রপলী ! নঙদী নর্ত্তকীনী, আম্রকুঞ্জদা
বুদ্ধ দর্শনগী ব্বাখল থাদোকউ
নকোক্তগীনা নখোঙনা লেপ্পা লৈমায় য়ৌনা
সনা অমদী হীরা মনি-মুক্তানা য়োম্বীগে।"
নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অমদি ইকাইখুম্নবদা
তাশোন্না থূম্না লেংশিনলকপদৌনা ফাওই
আম্রপলীগী থম্মোইনুংদা, অদুবু হৈ শিংবীনী মাদী
অখাবা, তুক্কৎচবা, তানীংদবা, য়েংনীংদবা
পূম্নমক নোকমি-নোকমিবা মায়থোংদা ওন্থোক্লগা
হায়রকই লেমজনীংঙাই মতৌনা —
"ইকাইখূম্নজরীবা লিচ্ছবিগী মজাইবুংঙোশিং !
তথাগত উন্নগনী হায়না লেঙলগা
তথাগত ইবুংঙো মহাকপু খঙবীদ্রমাল্লে
ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা অচান মীরাই খায়দে
অব্বাংবা শাগেগী নিংথৌমচাসু নিংথৌরেলসু
তোনলবীনী ওক্তবীনী হায়না পাউথোক্লবী জগোইশাবী ঐহাকসু

ভগবান মহাক্কী মফমদদী অমত্তনী হায়বা খুণ্ডবীয়ু।
চৎলু দোলাইরেংশা ! আম্রকুঞ্জ মায়কৈ পাংলসি।”
লিচ্ছবি নিংথৌমচাশিং মরূ লুকথদুনা লৈহৌই
আম্রপলীগী পে খানবা দোলাই
তপ্না তপ্না মিৎয়েং ৱাংমা লানখি
অথাপ্পদা দোলাইরেংশিংগী খোঞ্জেল তাই
হৈ হৈ হৈ হৈয়া হৈ
হৈ হৈ হৈ হৈয়া হৈ।

নুমিৎ অফবা করিনো ?
তিথি করিদা মঙ্গল ওইবগে ?
থাবান করম্বনা খ্বাইদগী অহেনবনো ?
ভগবান গৌতম বুদ্ধনা লেংঙকপা নুমিৎ
অদুনা খ্বাইদগী ফবা নুমিৎনী
খ্বাইদগী ফবা তিথিনী
খ্বাইদগী ফবা থাবাননী আম্রপলীগীদমক।

হযেং হায়বা নুমিৎ অসি কয়াদা মক ওইখ্রবা
অহিংচুপ্পা মিৎকুপ অমত্তা তূমদবমখৈ মিৎশেল খাঙদুনা
নোং ঙানলকপা ঙাইরি বৈশালিগী সভানর্ত্তকীনা
চাক মরু অমফাওবা চাদবমখৈ
ঈশিং য়াউম অমফাওবা থক্তবমখৈ।
তপ্না তপ্না হৈনৌকুঞ্জগী উচেকশিংনা
য়াকাইবোল শকপা হৌরক্লে
অমমম অঙান শিন্নরকপা মতম ওইবক্লে
সনামচুগী ঙাংলৈনবা নুংশা মঙালনা অপৃংবা অশংবা
হৈনৌ মনাশিংদা থোৎনা য়েরকপা মতম
কৌজরকই মনাই অচানবী ময়াম
“কনক ! সুপ্রিয়া ! চম্পা ! মৃন্ময়ি
শুধা ! শোভা ! নখোয়বু কদায়দা লৈবগে
নোং ঙানলে। তারিবরা ?”

১৪২ তালা পামেল নহাকসু

ঙসিদী নোং ঙানলম ঙানফাত্রিঔেদগী হৌদুনা
আম্রকুঞ্জদা লৈবা মীপূম খুদীংমক থবক চিনলি
হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও লাংবদা
মনাই অচানবী ময়ামগী মরক্তগীসু
খ্বাইদগী হেন্না চান্নবী কনকদাসিনা থম্মোই লূম্না
ইবুংঙো মহাক্কী সেবাদা অকায়বা থোক্তনবা
অৱাৎ অপা য়াওদনবা
অদুবু মরক মরক্তা
মাগী মিৎতগী তারকপা পিরাং লোন্না তৈথোকই।
অহিং অমগী মথং শাংলবা অহিং কয়া তাদুনা লাকখিবনী
মবেম্মা মাগী চৈনাখোল ফংলবা ৱারী
কলাবু নুংশিজবা, থম্মোই শেংনা পামজবা
মদুগী ফজববু উৎচনীংবা আম্রপলী
শুপ্নগী সভানর্ত্তকী অমা ওইরকপা
বারাঙ্গনাগা চাংদম্নরক্লবা জগোই শাবী অমা ওইনা
অহিংগী লৈরাং কনা খঙদনা কেনগদৌরবা।

তথাগত আম্রকুঞ্জগী লম্বীদা য়ৌরকহৌরে হায়দুনা
নহা ওইরিবা ভিক্ষু অমনা পাউ তমলৈ।
অথাপ্পদা সংঘগী ভিক্ষুশিংনা
মহাক্কি মগুন থাগৎতুনা শকপা শোনবা তারক্লে।
য়েংউ মঙালতনা থনলবা মহাক অদো
সমাজদা লৈখা তারবী জগোইশাবী অমগী
থোঙ্গান্দা কনাবুসু নাচুংদনা লেপ্পরে।
অয়ুক অঙনবদগী হৌনা
পাপ পূম্নমক চামথোক্লবগুম শেংনা ইরুজথোক্লবী
আম্রপলীনা লাপ্পা য়েংজৈ ইবুংঙো মহাকপু
মহাক্কী মশাদা ঙসিদী সনাগী লিকফাং য়াওদ্রে
খোঙগী নুপুর সনাগী ঝিনঝুর
মনিমুক্তা থাম্লবা খ্বাঙগী লৈতেং
অরংবা মুগাগী মহুৎতা শুপ্নগী

লংজমনা শাবা লৈঙাং মচুগী ফিজোলতমক ঙায়রে।
তথাগতকী লূপ্লবা খোঙথাংনা
লৈমায়দা থারকপা খূদীং
লৈ ময়াম চাইর চাইরদুনা
পুশিনলক্লি থম্বাল চামনিপালনা কোয়শিনলবা
কুশগী আসন থারবা বেদী অদুদা।
হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবগী পিরাংগা লোয়ননা
ওকচরে খুরুমজদুনা জগোইশাবী আম্রপলীনা
ভগবান তথাগত মহাকপু
পোকচবগী মহৈ য়ানলে খনজদুনা।
ঙমজবা অমুনবা হৈ-রা লৈ-সু
অমদি অথুম অহাও
মখল কয়ানা সংঘগী ভিক্ষুশিংবু পেলহনজরে।
নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈগী মতম
ভগবান মশামক্না ইঙ্গিৎ পীরকই
নোকমি নোকমিবা চীং লেম্লবা মাযথোংনা।
কোবিগী অচৌবা খূদেংদা
কোবিগী পাত্রদগী ঈশিং হৈবদুনা
চামথোকচরি তথাগতকী খোঙযা থম্বাল
জগোইশাবী নর্ত্তকী আম্রপলীনা।
তৈথোকচৈ ফিজিনা মোন্না মোন্না
য়ানখিবদো পিবাংনা তপ্ তপ্ লাউনা
ঈশিং মবক্তা।
হৌজিক্তি মিকুপ অদু য়ৌবক্লে
আম্রপলীনা পামজবী মতৃংইন্না
সংঘদা চঙহনবা যাবীবে ইবুংঙো মহাক্না।

নিংথৌ নিংথৌরেল অঙম্বা
ইনাকখূনবা নিংথৌমচাশিংনা
য়েংজবগী পেনবা নাইদ্রবা
অশাংবা অমুবা মনম নুংশিরবী শম্লাং

তপ্না তপ্না খেৎথরকই অথৌবা ক্ষুরনা
আম্রপলীগী কোক্তগী নাপেত অমনা।
লু কোকথোক্লবী নর্ত্তকীগী কোকতা
গঙ্গাগী ঈশিং তপ্না হৈথরী কনকদাসিনা
ভগবান মহাক্না থম্বালগুম্লবা মিৎ অনী
খজিক্তং পাঙথোক্লগা মোমোন তৌরদুনা
হায়রকই খূৎ থাঙ্গৎলদুনা —
"অরাম খৌরাংবা হায়বসে লায়নানী
পুন্সি হায়বসে অৱাবনী
মসিবু মুন্না খঙলবদী নির্ব্বান ফংদুনা
নুংঙাইবা হায়বদু ওইগনী।"
বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংগী খোঞ্জেলতনা
আম্রকুঞ্জ শীনবা থুংখরে
মফম অদু তীর্থ অমা ওনখরে।
নমো তস্য ভাগবতো অরাহতো
সমা সম্বুদস্য নমো....
বুদ্ধং শরণং গচ্ছামি
ধম্মং শরণং গচ্ছামি
সংঘম শরণং গচ্ছামি
দুতিয়মপি বুদ্ধং.....
তাতিয়মপি বুদ্ধং.....

## অহিংবা হকচাং অশিবা থব্রায়

হক উন্নবদা নঙগা লম্বী মচী অমদা
:নং অনীগী তোর্ব্বান অনীদা ঈশিং ঈমায়
ংজৌ পারকপদৌনা তৌরিবা করিগীনো ?
:খাঙ পানলবা ব্বাখলনা হন্না হন্না তুংহন্না
তম অমগী মৃৎপ্রবা মফমদা চৎতুনা
৫ াখানীংলিবসিনা করিগীনো ?

অ ইংবা হকচাংদা অশিবা থব্রায় পাদুনা
ং খিবনী নোংমা বাঝাই-বেংগুন খোংদুনা
বু ঙসি ব্বানা উরে নঙসে তাইবং কৈথেল অসিদা।
উরবরা নঙনা থল্লম্বা ঐগী ইনাক্তা অহিংবা থব্রায়
সে লৌজরোসে ঐবু হিংহন্দুনা লৈহনলকপা থব্রায়সে।
ঐহাক অমুক অহিংবা হকচাংদা অশিবা থব্রায়
পুদুনা লেনলগে।

## খর খর তেনথা থেন্ ধিন্

কেজুয়েল লিভ খর
আর্ণ লিভ খর
মেদিকেল লিভ খর
মীগী কর্ম খর
ইশাগী থৌদোক খর
সেকেন্দ সেটরদে খর
নোংমাইজিং খর
কেলেন্দরগী ছুটি খর
বন্দ খর
কার্ফিয়ু খর
ফাইল খর
টেবিল খর
ফোন খর
মী খর
তলব খর

খর খর তেনথা থেন্ ধিন্।

## চহীগা ব্রাখলগা চানদবা

চহী হুমফুতরা হেঞ্জরবসু হৌজিকফাওবা থম্মোইদী য়াঙ্খেগী
হাই জম্প ফাওবা চোংদনা লৈরে। তৌহৈবরা মসিবু ?
ব্রাকিং চৎপদা মমান্নবা অতৈদৌনা মশুনা ফার্ষ্ট তাবগী ব্রারী শাগনদে।
চীলহাও থিদে। চাখিবা খূদীংমক থুনা তুমই। মেশীন অফবা মানলী।
ডাক্তরগী হিদাক চাগন্দে। তৌবতবু মবক মরক্তা চাক চারমদাইদকা
তুমিন্না কা মনুংদা চঙস্ত্রগা মথন্তা কৃৎ লাউনা খজিক্তং তৌরুই।
মমৌশিংনা কৈথেল কাজরবসু ঙায়োনফমদা থায়নগী খঙনবী থিবা
চৎপগী হৈনবী অদুদী হৌজিকফাওবা খর খর অদুম লৈবী।
তান চারবদী মরোই য়োনবীদা ফাগী তৌদুনা লক্লশীনলম্বা য়াওই।
কাংজৈবুংদা বোল তোয়না য়েংই। ইম্ফাল স্পোর্টিং ক্লবকী অরিবা মেম্বরনী।
কাং শান্নবা য়াওরুবগী পাঞ্জিল থোইদুনা হনলকপদা হবাওবা
ফোঙদোকপগী মনম খর নন্নগা হঞ্জিনলকপা শোয়দ্রে। কনামত্তনা
তাবা য়াদ্রবা ফাগী তৌবদা মাগী নুপীনা নোকপা য়েংলগা হায়বকই —
লোইরেদকো নঙসে, নয়া অহোবদুগা খিগৎলকপদুদী করি হংঙুনী
ইবেম্মা। নোক্লক্কনু কিজৈ। ওন্থোক্লা থুনা হেক লোইদকো নঙসে যামিনী....

## মেরা থাউমৈ

ব্রাতোন মতোন লোম্না
অহিংগী অহাংবা অতিয়া তম্না
চিংখৎপা থাউমৈ অসিদা
য়াওরিবনী ঐগী নোল্লুকপা খুদীংমক
মঙাল অপিকপা অমা অসুম হায়না
পীনবীয়ু হায়দুনা ঐগী মন্নবা লম্বীদা।

মরোল অহুম ঙালহনবা পূর্ণিমাসু নঙনী
মরোল অহুম মমহনবা আমাবস্যাসু নঙনী
নঙগী থৌজালনা পাথরবা ঐগী পাত্র
পেনবা নাইদে মীওইপোক ওইরুবনা
অথকপা খুদীং খৌরাংবনা অসুম হেঞ্জিনলকই
পেনবগী পনখৈ খঙদ্রবা মীওইবগী থম্মোই পানলুবনা।

নঙদী অচাকপা দোশিগী নিক নিক লাউবা মঙালনী
ধাতৃ কোটি কয়ানা পুনশীনবা নঙগী হকচাংনী
খ্বায়দগী অথোইবা ব্রাহৈনা নঙগী মিংলেননী
নিরুদনা নঙনা পীনবীবা ঐগী পুন্সিনী
কৌজগে ঐনা নঙবু-হে মপাল নাইদবা হায়না।

## নোংমগী ঈ-পাউ

অয়ুক অঙনবগী মনিন কারবা ফোং-ফোং শারবা চা কপ অমগী মহাও খবরগী লামায়দা য়াওবা মীশি-মীনা ব্রাথোক-লাম্থোক্লা নমদুনা মুনলি। কোবী, হঙ্গাম, মরোই-মরাং বোরা মনুংদা হোবে-হোবে হান্দুনা খ্বাইরমবন্দা য়োনলুগদৌরিবনী হায়দুনা বস ঙাইরিবী মৌ নহাদু খঙহৌদনা বন্দ কৌখ্রে গাড়ি চেনলরোই হায়রে। হয়েং অঙাংগী স্কুল মিং চনগদৌবনী।

অঙম্বগী অচৌবা থোঙ্গান্দা পেন্দবগী ময়েক থাবা অশাংবা ফি নাকন নাকন পায়দুনা চঙশিনলুবা মী ময়াম অমা পুলিসনা তানখায়রক্লে। নুপী অহুম মরিসু খোংবান্দা নাম্বদুনা খর থীনা শোকপা য়াওরে। খোঙফম শোয়বদগীনীসু হায়নৈ লাঠি-চার্জ হেনজিনলকপদগীনীসু হায়নৈ। মীগী মমল লুপা লাখ অমা।

স্নাবুন, কম্বী, য়ুবী, লফোই চঙ থোকপা, মোমবতি মাঙদা খিন্দুনা ধারনা ফল্লিবা মফম ময়াম অমা।

## অকাউবা কাউদবা লংদাইদা

অহাংবা পোলাংখোক অদু ঐনা পিক্লীঙৈদা নোবাবনা কাওশীনবা গোল পোষ্টনী। খর লৈরগদী পুক্সিগী অরূম্ববু ক্লাস লৈথোকপদৌনা লৈথোকপা য়ারক্তে।

শেম্বাং মহুম শারবদী ইনাকখুনলী হায়নৈ। শেম্বাং তাম্ফোক্লগা হৌজিক্তি বিল্দিং শাখ্রে। তেরাপাইবীগী মতম লোইরে। য়েমপৎকী কান্নবা শীজিন্নদ্রে। পয়া থিনখিদ্রে উৎ তকখিদ্রে। যা খিগৎলগা তৌরকপা এদভর্টাইজগী টুথ পেষ্টনা ঙমখ্রে।

ঐগী মার্বোল কোম মনুংদা চঙদ্রি। লমখাংদা লৈবী।

## মীনা পায়নীংদবা ফোন

ফোন খীংলকই। ক্রিং ক্রিং ক্রিং ...
"হ্যালো ! কনা ওইবীরবনো ?"
"কনানো, মোইরাংথেম গোকুলচন্দ্ররা ?"
"অহোই, মানী, তাকপীয়ু।"
"ঐ লাইনী।"
"অহোই, তাকপীয়ু স্যার।"
"নগু হোরেন অহিং পূং অমগা মিনিট তরেৎতা য়ৌরকউ।"
"কদাইদনো স্যাব ?"
"স্বর্গদা।"
"এ : তাকপীগনু স্যাব ! থবকসু অমত্তা লোইদ্রী...."
"লাক্তবা য়াদে। কুইরে নগুনা পেনশন ফংলকইবসি।"
"থবক শীন্দোক-খোৎতোকপদা মতম খব...."
"লাইফ ইন্স্যুরেন্সকী পৈশাদু মমাদা শিন্নবম্মো। ফিক্স ডিপোজিটসু।"
"ইশু অতোম্বীসে লুহোংবফাওবতংদী... স্যাবনা উপাই অমা...."
"য়াদেনে গোকুলচন্দ্র।"
"তৌবীনু স্যার....কৃপা অমত্তং..."
"মখা সিদা লাক্লগা ব্বারী শান্নবসি।"
"খর খজিক থুমনখ্রেদা, স্যারহোইসু হেক...."
"অদু অদা খগুদে। হোরেন অহিং পূং অমগা মিনিট তরেৎ চৎপদা—।"

লাইনা ফোন থমজিনখি।

## সনথোঙ

চীংলোন মাপলগী
খ্বায়দগী ব্রাংবা চীংদোন অদুদা
সনথোঙ অদু লৈবনী।
অদুবু

পোরোলদী মতম খূদীংমক্তা
চেৎনা লোন্দুনতা লৈবা থেংনগনী।

থোঙ অদু
খ্বায়দগী ফজবা লৈরোংশীংতনা
চেকশিন্না হক্লগা নীংথিনা শাবনী।
লৈরোং নত্তে মখোয়দু
লৈরোং মানবগী ব্রাতনী।

য়েংল য়েংলগা

লৈ অমদি লৈনাশীং
ময়েক লোইনা ওন্থোরক্কনী
মদুদা য়াওবনী অচৌবা ব্রাহংগী শোয়দ্রবা পাউখূম
পুন্সি হায়বসি করিনো ?

নহাক্লা হেক পাবা লোইবদা
সনথোঙগী অচেৎপা পোরোল অদু
খঙহৌদনা মথন্তা হাংদোকচরক্কনী।

## তিংগোং কাংগোং

"তিংগোং কাংগোং"
মানা ৱাপলদগী খোংলকই
"মাইরেন চমফুৎ"
ঐনা খুমই।
করি হায়রিবনো মানা
ঐনা খুমলিবনা করিনো
অর্থ থিরুদে
পাউ ফাওনবগী নুংঙাইবা
অমদি অসুম লৈ।

## ইথম্ভা ওইরবোই নীংই

খঙনরগা কাউথোকখি
মী ময়াম অমা
উন্নরগা অমুক খঙনৈ উন্নদবদুদী কাউখ্রে।
মতমগী মরৈনা মহাও তংখিবা মিকুপশীং
কৌরবসু খূমলক্ত্রে অমুকহন্না।

তন্দন ময়াম পূনশীনলবদী মঙাল য়াম্না থোক্কনী
অদুবু অমমমখক্তনী কুফেৎ কাফেৎ তৌবিবা
ঐগী মিকুপসু অমমমখক্তনী তপ্না তপ্না হৌখিবা।

থিবা খঙদ্রে চেনা ময়াম অমা শেগায়ববা অমনবা লাইরিকতা
মৈ থানলবসু ইথম্ভা ওইরবোই নীংই
অমম্বা মরক্তসু ইথম্ভা ওইরবোই নীংই।

## সমুদ্র হোঙবা

পৃথিবী অসিদা লৈবা মী ময়ামগী
মমিৎতগী ঝারৌনা তারকপা পি ময়াম্না
মায়কৈ খূদীংমক্তগী মরোং ফাংনা চেনশিল্লক্তুনা
অতোপ্পা সমুদ্র অমা শেমখ্রে
মহাও মান্নবা।
হৌজিক মপোকসিমগী অমুক্তা কপত্রিবা
অমুক্তফাওবা পি তাদ্রিবা মী অমা থিবা
অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল থাদোকখবে
সমুদ্র অদু হোঙনবা।

# অপৎপা হার

অপৎপা উনা-ৱানানা শেন্বা হারদা য়েনশাং-নাপী মশা-মউ ফৈ। লৈ চরোং চরোং শাৎলী। ঐগী অপৎপা পুন্সি অসিনা শেন্বা মনম নমথীবা হারদা করি করি মহৈ-মরোং থাবা য়াগনী ? ট্রেজেদিগী ৱারীদী পোলোইদা ৱাদবা য়াদে। ভায়োলিনগী সুরদা হিক্ হিক্ লাউবা মিউজিক অমা। অৱাবা অনৌবা নত্তে মালেমদা। হৃদী হৃনা লৌথোক্কদবনী।
শাউরবদী লৈপাক মচা তাদবা ৱাহৈনা ঐগী ৱাকৎ-খোল্লাও ওইরকই। ঐগী মাঙদা লেপ্লিবসি মীরা শারা খঙলক্তে। অদুবু ঙাঙলুরিবা খোনদা অদুনা ঐহাক ইশাসি শা ওইহনলি। কপ্পগী মচাক শুংবগী ৱানী। কপ্পু কপকে হায়রবদী উনানা নুংশিৎ শিৎলকপদা লেঙবা উরগা অদুম কপ্পসু য়াওই — ঐহাকতবু ৱাখল অদু মদু য়ৌনা খনজিনবা ঙন্নুদবগী ৱানী। লিংজেল মচা অমদি অদুম লৈজৈ হায়বা তাই।
য়াম্না নুংঙাইবা হরাওবা মতমসু অদুম্মক লৈ। পুন্সিনা অপুন্বা হার ওনদ্রিঙৈ। নোকখিবসিনা নোকখিবসিনা। মদুদা খঙখিবনী মীনা নোকপা মীনা হরাওবা — মীনা পামদে। মীনা কয়া নুংঙাইতে। মাদী ৱাজরবনী হায়দুনা নঙ্গনদা পোপ্ পোপ্ থাবদুনা মখোয়দা নুংঙাইজবা অমা ফাওই। অকোনবদা ঐগী মীনোক মখোয়না মুনখি। ঐ চৈবসু ঙমদে। ৱাকৎবসু ঙমদে। তপ্না তপ্না পৎথরকই।

## অকংবা তুরেল

নুমিৎ মমি শামথরকপা
মীওইবগী মপোক অমগী নুমিদাংৱাইরমদা
মায়কৈ খূদীং অমম্বনা কুপশিনলক্লবা
অতিয়া অদুবু করি হায়না কৌগনী
মাগী মমিংবু করি কৌবগে ?

তুরেল অদুসু অহল ওইশিনলকই
খোঙনূং অদুসু তপ্না তপ্না কংশিনলকই
ঈমায় চোনলিঙৈ ঈপাক অদুদা
হোনবা হৌখিবনী হি অদু হিরুবাক্তা ফমদুনা
অকি তুজুং য়াওদনা থম্মোইদা
ঈথক হৌবক্লবসু ঈয়াইদা।

তুরেল অদুগা অসুম চৎমিন্নৈ
নাক-যেৎতা তাবা খুঙ্গং কয়া কযা
অৱা-নুংঙাই ৱারী শান্নমিন্নরকই
খাংপোকশঙশিংগা খুল্লং ঈশৈ শকমিন্নরকই
য়েৎ-ওই তোর্বানগা থৱায় তানা নোকমিন্নরকই
কোঙ্গোল মথক্তা মি তাহৌই।

খঙদে হিথাংফম অদু য়ৌবদা
কয়ামুক হেন্না মমশিনখিগদৌরিবা অতিয়া অসি
তুরেল কংশিনলকই অসুম অসুম
হিদী হোন্দবা য়াদে হিথাংফম য়ৌনবা
নৌ-না লৈঙোইদা খোৎলবফাওবা।

# তালা পামেল নহাকসু

হে লাইওইরবী তালা পামেল ও !
কুম কুমজা চক কয়া লান্দুনা
হৌখ্রবা অমদি ওইরিবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
নীংঙাইদনা লেপ্লিবী পায়মা পীবুক তপ্লী
খোয়খা লিনখা থাদবী
নোংমদোন অতিয়া খেৎনা ব্রাংবী
নশা নরেংনা চায়াম কোনশিনলিবী ও !
পলেম নুংশিবী নঙগী চেৎলবী মরানা
ঐখোয়গী পুব্বারীগী হৌরকফম ওইরিদো।
খোইয়ুম লাইয়ামগা নমু তাইবং মীওইবগা অনীগী
তাইন-লোন্ন লাংদাইবু ফিজি নাচোম শানা পুন্দুনা
শেনকোয় ময়েক অশেংবগুম পামু নুংশি য়ান্ননা
থমজিনবীরক্লি অদুঙৈ থাপ্লবা মতমগী তান্নবা খোঙগুলদগী হৌনা।
মাইচৌ ফাথিবশিংগী ককফদ্রবা ব্রাহৈশিং
নঙগী উকু চেবাং মরোলদা খোর্জ্জে থাদুনা থন্নকপনী
পুয়াগী অরংবা মশেক মঙাল ওইদুনা
ইবুধৌ পাখংবা লিনথুপ চহুম হুমফুমরি
থাঙগী থাঙলোন তিমেন তাগী তারোল
পায়মা থম্মোইনুংদা য়েকখিবনী পাফল ওইনা।
মায়কৈ শীনবা থুংনা উবী তালা পামেল ও
লৈ-লাংবীনা নঙগী লৈরাংবু খুনজরগা
ইনিংথৌ শলাই কোকয়েৎ লৈতেং ওইনখিবনী
লৈমরেনবীশিংগী শমজি লৈচল ওই
কংলা লাইফমলেন শুনা জগোই খুৎথেক কৎচখিবনীদো।
নঙগী মিৎয়েং শাংখৈবদা উহৌবনী
কেগে মোইরাং লৈপাক্কী লোইনাইদ্রবা নুংশি ব্রারী কয়া
ঈমায় চোনবী লোক্তাক লাইজনা কপমিন্নখিবদো
নুরা লাইজীংলেম্বীগী কায়না পিরাংগা লোয়ননা।
লোইবী চীংগী নাপোমদা পোম্বী শিঙেল লৈরাংনা

কংলৈপুংদা লৈশাং তম্লকখিবসু পামেল নঙদী খঙহৌবনী।
চহী তরেৎ খৃস্তাকপগী অন্না মৈশা খাঙলিঙৈ
খোংজোম লানগী মায়থীরবা মৈখূ মরক্তা
মাঙখিবদো লৈপাক অসিগী নীংতম্বা পুন্সিচুপ্পগী ওইনা
উনা ময়াম খীকথদুনা খাঙখিবনী লু কোক্লা নঙনা খা চীক্লা।
নঙনা চীনফা পুবনী নিংথৌরোল শৈরেং লৈমরোল ইশৈ লোইনা
হায়খিবনী মাইচৌশিংদা চৈথারোল কুম্বাবা ওইনা।

২

তাইবং হংঙা মিকপ থোরক্লম্লবদী খর ঙয়া
য়াওরমগনী নঙনা লীবা নুংঙাইবা ব্রারীগী তাঙ্কক কয়াদা
ফনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ
কুমলং নাপদা চিনলিঙৈ
পিথ্রাই শামুক মাঙদা থা
কবোগী য়েৎতুম নামিবা
অকুপ্পা লংলা লেংদুনা ফনেক মপান লোনঙৈ
চৎলমগনী ঐসু পঙ্খৌ মাঙ্গোন্দা
শারৈ কোন্দুনা খূদোং ঙাম্ব্রক অমা অদুক থকপা
মোমোন লুরুক্লনা ইকায়বা খাঙজবী
থংলেন ইমান মচামক্তবু পাম্মুবী মায়থোং য়েংলগা।
য়াওরমগনী পানা কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ, শগোল কাংজৈ
ঐবু লোইবা লৈমাবা ইনিংথৌ, অঙম অথৌ চোন্না তিনলবা
কাংজেবুংদা সেলুংবা কনাগী মমোমলোই মিৎচানদুনা।

৩

আ: ওম্থোক্লা নুংঙাইরমগ্রনীদকো মতমদো —
মৈতৈ লৈপাক্তা চাবা ব্রাৎত্রিঙৈ
লমচৎ ব্যবহার লৈখা তাদ্রীঙৈ
কাজাও মাপলগী শঙ্গাইদা
মমাং শঙ্গোই, অব্রাং শঙ্গোই, মখা শঙ্গোই লৈরিঙৈ
নাপী মকা তাদ্রবা শৃৎ নানবা শুমাং য়েংলগা

কৌনা ফকপান চেকশিন্না লোনবা মথক্তা ফমদুনা
হিদাকপু তোংজৈ অশাংবা চিংবা
খুরুম তোংবদা লেমবা অহলদো।

ময়েক ওইরম্লবদী ঐনা —
ইতিহাসকী খর ঙনবা লামায়দা
পৈশাগী ঙাতোন য়াম্লা তৌরিঙৈ
ফৌ শংবাইদা লুপা য়ৌদ্রিঙৈ
চৎলমগনী ঐসু মা কোনুংদা টেনিস শান্নবা
আজমেরদা তম্লুবা মখোয়গী মরক্তা হাফ পেন্ট শেৎলগা
লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনাননা খনজবা ৱারীদৌনা।
হে নুংশিরবী তালা পামেল ও !
উরমগনী নঙদী থাজগী মায়থোং লৈচীলনা খুম্বগুম
ফজনা লেম্লবী মায়থোংবু ইন্নফিনা তন্থায় খুম্বী
মজাইবেম্মনা শম্লাং কোইকক্লদুনা লৈশা মথোৎ কারকঙৈ
অশংবা নোংজাবীগুম থম্মোই শুমহৎখিবদো
চন্দ্রমুখিগুম মকা লাম্লা ফুগাইনা শাৎকাইখিবদো
কবিগুরুগী মঙলৈবাক্তা চৎতুনা
সাহিত্য লৈকোলগী লৈনম পুরকখিবদো —
“নঙনা করম হায়না শক্লীবা ঈশৈনো
হে গুন লৈরবা ... ঐদী ঙক্লা তাই... ’সুম তাই...”
করম্নদী কাউগনী মীরোল অনীগী লাংদাইদা পোকপা ঐনা
শজিবুদা শাৎপী লৈহাউ লৈরেনলক্তা, কাঞ্চি কোকিল লৈকোলদা
উরীরৈ-মাধবী অনীগী অৱা তেংথাখোল অমদি থাদোকপগী ৱারীদো।
পূক্লীংদা মীপাইবা ফাওই —
মমাং লৈকাই থম্বাল শাৎলরোইদ্রনে হায়দুনা
ঙাঙোই পরেং অমুক উররোইদ্রা ?
ইচেগী শম চীংহি লুররোইদ্রা ?
নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী থিরুবদা লৈরমখিগদ্রা ?
মহাকবি অমমুক লাকখিগদ্রা খম্বা থোইবী মহাকাব্যদৌনা ইবীনবা
লম্মন তোনলি উপন্যাস অমদা ঐখোয়না

বোরাক তুরেলগী ইলিশা মহাও তংনীংই হন্না হন্না
সাহিত্যগী লৈচলদী অদুমক ওইরি
খোংউপ তোংদবা কনাগী কলমদগী
ইমানা ঐবু মাঙহনবনী হায়রক্লবসু।
শুমহৎয়াই পুবা শৈশকপা কনাগী খোয়থুন্নবা খোঞ্জেল
খোম্থাং য়ৈদুনতা লৈ নাকোংসিদা, মেরাগী থাবল উবদা
ফিজিনা মায়থোং খুমদুনা খোঙবীনা লৈমায়দা তকখিবী
ইকায়থীবী নুজা অদুবু কনা ওইবিগবা ?

৪

হে ইমা তালা পামেল ও !
মমি শামলক্লে মতম অমগী দৃশ্য কাব্য —
মমাং পুম্প্রি থোংগ্রাদা শেংনা ইরুজবগা
ফৈজোম চনাং তেকহন্দা
ইমুংদা লাইনিংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেনবী
থাদা চেৎনা কোন্দুনা খুকমজরগা
শুমাং য়ৌরকপদা বৃন্দদেবী লাইবক কৎচদুনা
'জয় শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো' হায়না শোনলগা
কোম্থোংজে শৎলগা কান্দুনা থোকখিবা
লাইবক্তা চন্দন লংত্রিক লংনা থিনবা অহল
থিরুবদা তাওশীনলক্লে ঙসিদী
চৎনদরে পঞ্চম জর্জ য়েকপা কোরীগী পৈশাদৌনা।
তপ্না তপ্না হিংবগী মহাও য়াওশীনলক্লবা পুন্সিদা
অশেংবা লৌবুক্কী লৈহাওদা য়ানশিনখ্রবা হারনা চাউবী
ফৌ চরোংনা ফৌরেন'মুবীগী মহাওদী কদায়দগী ফংলগনী ?
ফজখ্রবা ব্রাহোং মতুদা পানবা মিৎতি
মপাম্থোংদা ফজনবা মিৎনী, য়েংনবগী নত্তে হায়নৈ
অদুবু লাক্লিবা অওনবা অসিদদী
মপাম্থোংগী ফজবনা অচুম্বা ওইররে।
মদুতবু থাগৎনরী, পাম্নরী
মসিগী মরক্তা কদাইদা থিরগা ফংগনী
পুন্সি মহৈ য়ানবগী অমৃত ?

লৈররোই সমুদ্র নৈখাইরবসু
স্বর্গগী কাচিন কোয়া য়ৌনা থিরবসু
মীওইবগী খ্বায়দগী অফবা ব্রাখলবু শাৎকাইহন্দুনা
তাঙলবা লৌশিংনা থম্মোইগী অমোৎপবু
নুং য়ৌনা ঈরুজথোকপীবা ঙম্বা অদুরা অমৃত হায়বসিবু ?

৫
পুঙ্সিসে খঙহৌদনা —
ইম্ফাল শহরগী ভিক্তোরী সিনেমা হোলদৌনা মস্থবকই।
অদুবু ব্লেকতা টিকেট লৈদুনা বেলকোনিগী মা চিকপা সিটতা
চানাচুর চাদবমখৈ কপমিন্নখিবগী ব্রারীসু
থাবল চোংবদা নাইলোন রুমাল পায়বগী ব্রারীসু
মোনখুমগী লৈরোংদা 'ফোরগেট-মি-নোট' থাদুনা
মানা দুতি থারক্লুনা খূদোল তন্নকপসু
ঐগী ইতিহাসকী পন্দুপ অমনী। মতম অমনী।
মানা থাজখিগদৌরবা, ঐনা পাখং ফাবদা ঙায়রিবা মতম।
কাউবা য়াদে ঙসিসু পেট্রোমেক্সকী মঙাল
লাইয়ুম মচীদা তিংথোরকপা নিংঙোলগী ঙাংলৈনবা খূবাক্তা
অচাইবা লিকোল খোমজীন্দুনা হাপ্পগা হায়খিবদো ঐনা —
'হাপচরগেনে শাবি ইনেমচা ও !'
ঙসিদী নিত্যাইবাদ চুথেক তাবা স্না শোরোক লমজাও মপানদা
পরেং শানা কংলা ঙাক্লুনা হৌরম্বা কবুলিয়া পাম্বীশিং য়ানথৎখ্রবনা
তেনৱা পরেং পাইরকখিদ্রে
খোইনিংনা লৈহী চুপ্লুনা লমদমসিগী ফজবা থারগা
ইশৈ অমত্তা শক্লখিদরে।
লৈকংথোং অশাংবনা হিংচাবগুম য়োৎশীনখ্রে
কৈথেল লাইরেম্বীসু। ময়াই চন্নবগুম ইম্বোকপিরবা
চীংথংখোম্বা মহারাজগী শামু য়াইশনা অহিংদা খোংলক্লে।

অদুবু
ময়ামসিগী মরক্তসু

লেপ্তুনা লৈহৌখোকো ইমা
তালা পামেল লাইওইবী ও !
চক কয়াগী মীরোল কয়া লান্না
অমুক হন্না লমদমসিবু
মহৈ মরোং চুন্না পালহনগদৌরিবা
তুংলমচৎকী মায়থোং লংলবা মীরোল মখোয়দা
ঐখোয়গী পাউ তমদুনা।
খণ্ডদ্রবদী নপারী নমোমশিংনা
পলেম পন্থৌ খোঙগুল মমি
চাউথোকচবা ঙল্লোই, শক্তাকচবা ঙল্লোইদো ইমা,
মতেং পাংবীযু তালা পামেল নহাকসু
তুংগী মীরোল মখোয়না
খোঙগুল লীরকপদা
য়েক শলাই থিবকপদা।




